# লাংরোন্

## অহানব শরুক্

—————

য়ারী থোমজিনজবা :—

মোইরাংথেম নরেন্দ্র
মেম্বর,
মণিপুর ফোক্লোর সোসাইটি

মমল লু: ১৭'০০

# লাংরোন্

## অহান্‌বা শরুক্

---


রারী থোম্‌জিন্‌জবা :—

মোইরাংথেম নরেন্দ্র

মেম্বর,

মণিপুর ফোক্‌লোর সোসাইটি

# অয়িবগি রাহয় থরদং

লাংবোন্ হায়রুন ফুঙ্গা রারী থর ময়ামগি মাঙ্দ পুথোক্চখ অসী, মৈতৈ অয়থোয়গি ফুঙ্গা বারী লৈন লৈন লৈতবগুম্ মীরৈবাক্কি ফুঙ্গা বারীন মণিপুর সাহিত্যদ চঙ্ সিল্লকপ অমদি অঙাংসিংন মীরৈবাক্কি ফুঙ্গা বারীদ লীনব অয়থোয়গিদি থক্ পন্নদব রুজবদগি লাই রেইগ্রব অহল্লসিংন থম্নীরম্ব লাইরিক্সিংদগি ফুঙ্গা বারী থরদং থোম্জিনগন ময ম্গি মাঙ্দ লান্থোক্চবনি। বারীসিং অসী অঙাংসিংন লায়ন থঙ্নবদি রোইদ্রে। রোইদবগি মরমদি অয়থোয়গিসু অসীগুম্ব রারীসি থাম্নদগি লৈজরবনি হায়রব অদুত থঙ্হনজনিঙ্গুন তৌবনি। অমন অনৌব লোল্ন ময়াম্ম থঙ্নব লায়ন য়িবদ, রাহন্থোক্ তৌবদ অয়ন হৈজদবদগি সাহিত্যগি ফজব থোন্থোক্, তান্ পুম্নমক্ অদু মাঙথিন্নন লঙ্জব লৈবিগদরা কিজবদগি অরিব লৈনদ লাইরিক্ক লৈরম্ব অরিব লোল্ অদুংক্ অচুম্ য়িজবনি। মরম্ অমন লোল্ অসী য়িরোন্নিন থর পানিঙ্ন পারম্ব থঙ্বসু ঙম্গনি হায়বসিম্ব অয়গি রাথল্নি।

লাইরিক্ অসীগি মমিং "লাংবেন্" হায়ব অসীদ পণ্ডিত লাংবোন্ নত্রগ লাংবোন লাংদাইগি রাথল্ হেক্ পূর্ণিন্থিগদরা হায়বগি চিংনজব অমসু পোক্তৈ। মথক্তি রাথন্ অসী তৌবীদন সিরগ মপোক্ অম পোক্থিব, রেন্থিব অমদি রেইথিব অদুগি রারীনি হ য়ম লওবীয়ু। রারী থুদিংমক্ লাংবোন্ অম তৌরগ রারীগি মতাংসু লোইসিন্নী। মরম অসিদগি লাইরিক্ অসীবু লাংবোন্ থোন্জবনি।

অয়থোয়গি ফুঙ্গা ব'রীসিং অসীগ মীরৈবাক্কী ফুঙ্গা বারীগ থর থেননব রুব ফংঙী। মীরৈবাক্কি বারীন রাথন্ম সারগ য়িনবন অয়াম্ব রোই। অয়থোয়গি অসীব থোদোক্কি মকম্, থোবু রোইরিব

অতুগি মপা-মমা অমচি য়েক্ সল্লাই পীরম্ব অসীন মীরৈবাকীগ থর খেন্নৈ। ৱারী অসীম করিগুম্ব মফমদদি ইতিহাসক মরী লৈবর রুই। মতুমক্তন ইতিহাসকি মপুং চল্হনবগি ৱানা থোকই। ৱারী খুদংমক্ অসী পাউতাক্ তাওনি।

অয়ন য়িজরিব ৱারী থর অসীতন অয়খোয়গি ফুঙ্গা ৱারী লোইরে হায়জবগি ৱাকম্ লৈতে। মথাগী থঙ নরব পেরেং, রুচেক্ লাংমইদোং, তপ্তা য়াম্ন লৈরি। অদুবু মখোয় অতুগি হওরক্ফম্ তাংদাঙ্ব ওম্জত্রিবগি হৌজিক্ হৌজিকমক্ ৱারীসিং অসি ময়ামগি মাঙ্দ লান্থোকচব ওম্জরে। মসিবু তাংদাঙ্ব চওখিব থোদোক্কি মথম্, করম্ব কাঙলুপ্তগি থোক্খিব থৌদোক্নে হায়রা তসেংব থঙ্ব ওম্জব মতম্দ ময়ামগি মাঙ্দ থম্জগে।

অয়গি মরু ৱোইব ৱাখনদি অয়খোয়গি লৈজরম্ব ফুঙ্গা ৱারী অসিবু মাঙ্থিগদোবদগি থর মথৈ কলহৌব য়াগদরা হন্জবদনি। হৈরে হঙ্লে হায়জবগি ৱাকম্দ তিংদেঙ্ থম্থোগনু। হুম্লোন্দব লৈরবাক্কি মাগি মাগি ফুঙ্গা ৱারীবু লৈ হায়ব তারব হোৎনব অহং-গুম্ন অমম্ন হোৎনজবদনি। অমন অয়খোয়গি লৈজরিব অরিব ৱারীসিং অসিবু করম্ব মরোংদ কনব ওম্গদবে হায়না খন্জবদগি ৱারা থর অসী ময়ামগি মাঙ্দ থম্জবনি। করিগুম্ব অশোয় অডাম্ তাক্পিরক্লবদি তৌবিমল রুৎচগনি।

লাইরিক্ অসীবু কোড্নবগি মতেঙ্ থর পীবিশিগিদংক্ সমকারবু তৌবিমল রুৎচরি।

ৱারী খোম্জিনজরিব—
মোইরাংথেম নরেন্দ্র,
থেঙর, মণিপুর ফোক্ লোর
সোসাইতি।

জুন্ ১৯৮১ ইং

# অরানব চুম্থোক্প

| লযাই | পবেং মসীঙ | অরানব রাহয় | অচুম্ব রাহয় |
|---|---|---|---|
| ১ | ৮ | কোরও | কোরও |
| ২ | ৪ | রাঙ্গগে | রাল্লুপে |
| ৬ | ৬ | থক্ত | থক্ত |
| ৬ | ১২ | হিপ্নদি | হাপ্নদি |
| ৬ | ১৬ | থোয়ম | থোয়ম |
| ৯ | ১৯ | থাদহুম্ | থাদহুম্ |
| ১১ | ৫ | যিংতাল্খিঙই | য়িন্তালখিঙই |
| ১৪ | ৮ | সাতউ | সাতউ |
| ১৫ | ১৬ | ঙমব্রান্দ | ঙমুরানদ |
| ১৫ | ২১ | লোক্টথোং | লোইথোং |
| ১৬ | ৩ | কউথাগুল্ | কউথাগুম |
| ১৮ | ৫ | নহ | নহা |
| ১৮ | ১৭ | বকৃঙমদরিবনিমিন | ককৃঙমচরিবলিঙ্গিন |
| ২৫ | ৪ | সোলেল্ | সোংলেল্ |
| ২৮ | ৯ | তমকল্লগে | তূম্কল্লগে |
| ২৮ | ১৩ | পন্লম্ | পন্নম |
| ৩৩ | ৪ | সাল্থুম্পিবৰু | সালথুপ্লিবৰু |
| ৩৩ | ৫ | তায়বনি | তায়বগি |
| ৩৫ | ২২ | খৌঙম | খৌঙমে |

| লমাই | পরেং মসীঙ | অর'নব রাহয় | অচূম রাহয় |
|---|---|---|---|
| ৩৮ | ১৪ | খোল্‌পোই কাং | খুল্‌পোই কাং |
| ৪০ | ১ | পাম্‌বু | পান্‌বু |
| ৪১ | ৩ | চাঙ্‌ রোম্লবন | চৌঙ রোম্লবন |
| ৪২ | ১৬ | রাইথংলবদ | রাইথুংলবদ |
| ৪৩ | ২২ | ম্নাহে | নাহে |
| ৪৩ | ২২ | তন | তম্‌ন |
| ৪৬ | ২০ | ডাইথান্‌লবদ | ডাইথাম্‌লবদ |
| ৪৬ | ২২ | পোঙ্‌লা মইবু | পোঙ্‌লাংমইবু |
| ৫১ | ৫ | রাকৈব | মাকৈব |
| ৫১ | ১১ | মমু | সমু |
| ৫৪ | ১২ | হাঙ্‌ন | হঙ্‌ন |
| ৫৫ | ১২ | পাম্লেম্‌ | মাচেম্‌ |
| ৬২ | ৩ | মত্তেরওবগুন্‌ | মত্তেবওবগুম্‌ |

—

# লাংব্রোন্

## লাইফৌ

যোযময়ায় লাইরেল্ তাউদলবগী মপল্ পল্লেম্ মমা কোয়ও নোংবু খোল্বী মাল্লেম লযবু লুম্বীন কোয়ও হুমিং মদ মপারি মঙামবু সাংয়ে হায়দবরা ? মপারি হান্ন সাংপ অমদি থাঙ য়ৌগুম্ চিংসাংন লোইমোম্গুম হাম্কংনবে। মাল্লেম্ লয়দ কুম্ন লয়সো খোইমিং রোইখিয়ে। থাঙয়ী অহোংবী লোইমোম অচাউবীগি হয়না মতু ইনন থাদয়ী মোরসী লোইমোম্ লাইফৌ মাঙদবীবু রোইন লাংরোনখিয়ে। মপারী কোল্ন সাংপ অমদি কাইরই মেল্লম্ তুগুম্বু পোম্কংনরে। কোয়ও, নোংদ কানদি, কোয়ও চুমিতাং রাঙবল্ নোংমিদাংবু রোইনদি সাল্রোনখিয়ে। য়াউরউসা সঙ্ঙাই, সঙ্ঙাই লম্বীচাগি য়াউরউ মতুং য়িন্ন অহিংগি চেংলও মিংপু রোইন লাংরোনখায় ॥

## লুরাং পুতাংতোই খুংকোইব

লুরাং পুতাংনোই খুংকোইবন পাথং সংগাই য়াংনম্ হৈজন্দবগি য়ৌমম্ সারুম্ মরুপ্তুপ, সোক্রোক্পবু সাজ হৈতবগি-

দমকপূ পাখং সংগাই মখুংস্থবু সম্নু খুত্তা পায়ন তাংজ্ঞ মকোক্ত স্নুরোয় থেং, লাংক্কোল্ লেংদ থোংন লোঙ্খুম্ নামই য়েপ্নদি মরাল্ থোচং লাকুপদ লোইরেল্ খুল্বী লোক্তবু তেংনো যোং রাল্লগে হায়বগিবু মরাল্ থোচংখিববু কোরও চিনতুম্ চিন্ন রাঙ্বল্ মংতুম্ মংববু নোংথি চাঁওলুম্ হউবন লোইগঁঙ্ ফাঁক খুমনদি ফিমু লইরুম্ সীন হীকোক্ পোতোং য়াল্গুমন নোংলেন মরাঙ্ হউরকপবু লালনংলবগি সান্থু মালতেক্ লইন ফোয়ন কোরও নোংবু চুব থাঙ্ববু, মাল্লং থমগোল মথি নাই থমগোল্ মরাঙ্ হউবন কোরও কেল্চুনরবগি রাঙ্বল অচুলাংন থাঙ্ঙ-ন্দরবগি লুরাং পুত্তাংতোই খুংকোইবদি লুংসি পুক্নিঙ্ চঙ্ন লুংরোন্ খোয়বু হোংন মাঁকপ্খিয়ে।

অয়দি কোরও অচু লাংববু লাংঙমদরে, রাঙ্বল অসা লাংবস্থঙ্ লাংঙমদরক্লে। অয়দি য়াউরউ সাবু রোইন সাল্ রোল্খিরগে য়াউরউ সা সঙাই, সঙাই তুঙাঙ্ সাবু লইন রোইন সাল্রোল্লগে, অরাং কোরও নোংন পাম্ব সা, য়ারেল্ থারুকনন নোংহাং সাবু সাল্রোল্লগে হায়ন য়ারউ সা, সঙ্ঙাই, সঙ্ঙাই তুঙাঙ্ সা নিঙ্খিববু, পাখং সংগাইন কোকলেল্ থেংপ লাংগোল্ লেংদ থোংবন সারেল্ নাগ রোই, সংগাইন চীরেল্ লাংয়েন্ রোইখিয়ে। সন্থু মাল্তেক্ লইন ফোই মনম্ খাঙ্ন য়াউরউ পোঙ্চীন্ তুহাও লইমরিংন রোইথি সাবু পুচেং লয়ম কাউলাং চেং লয়ম সল্ খোইম তমথ্ সা, নোংকা চাঁঙ্চাক্ নানৌ

থৎন য়াউরউ সা সঙ্ঙাই লাম্বী সা। তুনানব, সারেল্ রোন্খোক্প, নুঙ্গায় য়াহিপ্ থিব্ খোয়্ম লাংলক্ চাকৃতাব সা, চীরেল্ তোম্পোক্প রোইনবু লুরাং পুঙাংতোই খুংকোইবন লোইরেল্ থুনবী লোক্ত লাংরোন্খিয়ে।

## থুম্নু কৈরোইব

লমলেল মদাইম, লোয়য়ম্ তাব সনা নোংমল্ রায়, কেগে লৌশ্লিববু নোংয়ায় চীঙ্খোঙ্ লোড্ক্রাইবগ তরা চাকোন রাংলই ন্যাকোনবদি মরন্ থয় লম্লেল্ নীঙ্লইপোক্ নীঙ্ঙই খিল্ য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম মহুইনুন লন্কল্ রায়, ঙানুব কৈসা লন্‌রো কৌবদি কদোনোংগিনো?

ঙানব থুমুবগ মপারি তাংখু তাংহন্ অনিমগ মখোয় অহুম্মন খাম্বী মইলোক্ সীঙ্, সীঙ্কন্ নোংকাই সীঙ্বু থাঙ্লেল্ মখু স্মন সীঙ্নাং নেম্বী থুংদাপ্ য়ান্, তঙরেল্ থাঙতপ্ সম্ সীঙ্বী ঙম্চাউ পৈ, তঙরেল্ সীঙ্কক্ তাল্লিঙইদ মপল্ ঙানব থুমুববু পানুব য়েক্লাব কৈরেল্ রুখীচান পানুন চীল্কোল্ চল্ কৈরেল্ য়াথংবিনদি য়াউচারবগি মপারি তাংখু তাংহন্ অনিমন কৈরেল্ গোঙ্গুল্ লী পানুব নাসোম্ য়েংন তান্নবকৃপবু লম্লেল্ মদাইম, য়াইবী পুঙ্ নাতৈনরকপদ রায়্র মতেন্ চান তেলরায়রবগি পানুব লুতুরে। মপারি তাংখু তাংহল্ অনিমন থোকলাং থাঙ্তপ্ পায়, তিমেল্ তামায় চীঙ্ন কৈরেল্ রুন্বী চাফম্ লেংগে তোঙ্গম্ব অসিবু মপল্ অয়বুহম্

তিমেল্ তাচিন্ন সোক্কনে হায়ন পাউমেল্লক্লবগিদমক্পু মপারি মপারি অনিমন তিমেন্ তাচিন্ তামায় চৌঙ্বু চইরংখিয়ে। সানৌ মচি মনাও অনিমন ৱূন্ৱী পুকনিঙ্ ঙক্ন ৱা তানখিয়ে। পান্ব পীবুক্নুংদ মপল্ থোন্জেল্ থোক্ন পাউমেল্লিব অসিবু করিনো হায়নরিঙইদ পন্থো মপা ঙান্ব থুমুবন চৌন্গোয় পাউ-মেল্লকয়ে। পারি তাংখু তাংহন্ অনিমরো নপাল্ অয়বু কৈরেল্ পীবুক নুংদ লৈয়ে। থাঙ্লেল্ নখুংশুনদি কৈরেল সাবুক্ ফাক্ন লওথোক্পিয়ে। হায়ববু নপারি অনিমন নাত্তারবগিদমক্পু থাঙ্লেল্ মখুং স্তন পান্ব সাবুক্ ফাংনদি মপল্ পলথো নিংথোবু লওথোক্লে। অদু নোংগিবু সাবুক্ ফাংনরম্ লম্লেল্ কৈরেল্ ফাবীরো তৌন কোরে। লম্লেল কৈরেল্ কাবীদগি মপল্ ঙান্ব থুমুবগ মপারি তাংখু তাংহন্ অনিমগ মথোয় অহুম্ন লোয়নদন মরাল্ মোংব ময়ুম্ নাক্পু য়িন্তাল্ লক্লবদ, য়ুম্লেল্ মাগি নুংঙাইবদ রাইথুংলেম্। হায়দবরা। ঙান্ব থুমুবদি পান্ব সারাওখোল্ কৈরেল্ সাফু খোল্বু থাদোক্ক মমিং কোরি হউন য়াংগোইররে। মপল্ পল্লেম্ মমা পোক্-মাবীন পারি তাংখু তাংহল্ অনিমরো নপল্ পলথো নিংথো অসিবু চেংলও মমিং থক্য়ে। চাক্চা মরম্ থোক্কে, রাহায় মক্তৌ নিঙ্থিদ লম্চং মরোং থোক্কে হায়ন পাউমেন্খিয়ে।

কোরও নুমিংমদি পন্থো মপা মচা অহুম্ম মোংব ৱূকায় লাংবু লাংথাক্খিয়ে। মপারি অনিমন চেক্লা লাং কাইরুংদি তাউথোপ থদাং থন্নদি পুরক্য়ে। কোরও নুমিংমদি মপল্

ঙান্ব খুমুবন চেক্কা লাং কাইক্রুববু চেক্কা মপূম্মতবু পুরক্করে। কোরও মুমিংমদি মপারি অনিমন চেক্কা লাং কাইক্রুববু পোন্গী মসিঙ্ য়াম্, চেক্কা মসিঙ্ খীঙ্ম্দন, পোশ্বী পুঙম্দন, তাঙ্টথোপ্ খদাং খল্লবগি তাংখূ তাংহল্ অনিমন রা তানখিয়ে। য়িপল্ পন্থো নিংথোন চেক্কা লাং কাইক্রুবদি পোন্বী মপূম্ মন্তবু পুরক্কে, পান্ব খোঙ্গুল্ তায়ে। সারেল্ হিংসোঙ্ সায়ববু মাল্লে। পল্লেম্ রিমা পোক্মাবীন য়িপল্ পন্থো নিংথো অসিবু পান্ব সাফু খোল্ কৈরেল সারাও খোল্বু থাদোক্কে হায়ন পাউমেন্বদো মতো লেপ্ন মাল্লে হায়ন ঙাঙ্নখিয়ে।

হয়েং কোয়ও মুমিংমদি রি'ল্ হয়না তুংনাও য়িল্ নাসোল্ মতম্ য়েংন তাঙ্জ কূম্লম্ ফম্ন শিল্লাগুম্ নাথেংসে হায়ন পাউমেন্নখিয়ে। হয়েং কোরও মুমিংমদদি মপল্ন চেক্কা লাং কাইখিরবদ মপারি অনিমন য়াংলও লম্মখাঙ্দ খোয়্ম নারোল্ মুংদ সান্থুপ্লে মপল্ ঙান্ব খুমুবনদি চেক্কা লাং কাইরক্পবু মোংব রূকাই লাংদ চেক্কা থুরববু চেংলও মিংখিংলবগি তাউথোপ্ খদাং পূববু মাল্লেম্ লয়দ থা সমু নিঙ্হন্ন পান্ব সাফু খোল্ কৈরেল্ সারাও খোল্বু থোকাওদনা পান্ব য়েক্তম্ লক্ কৈরেল্ রূঙ্খী চাবু রোইনাদ সালরোন্লক্লে। পান্ব সারাক্ তম্নদি চোংসিল্লবগ চেক্কা লাংদ থুববু সারেল হিংসোঙ্ সায়্নদি য়াঙারববু মপারি তাংখু তাংহন্ অনিমন চেংলও মিংখিংল মিংয়েং সানুথৈরববগি, মিংয়েং তেন্বাল্লবগি মপারি অনিমন পাউ-মেন্থিয়ে। পন্থো য়িপা পোক্মাবরো পান্ব সারাও খোল

কৈরেল্ সাফু খোল্বু থোকাওদন করিগি সারেল্ হিংসোঙ্ সায়রিবনো হায়ন পাউমেল্লবদ মপল্ ঙান্ব খুমুবদি মপারি অনিমবু তাঙ্জ য়ীকাইরবগি খোয়্ম নারক্ চঙ্নদি পান্ব য়েক্লাব কৈয়েল্ রুম্পীচাব্ রোইন সাল্রোল্লবদ মপারি তাংখু তাংহন্ অনিমন লীরী থমোই তিং লকা তেল্মই লাকুন মপল্ ঙান্ব খুমু কৈরোইববু তাম্নরক্লে। পামেল্ নমুক্ উতোল্ থক্ত তোংন থাঙ্লম্মে। অদুনোংগিবু কৈদোংরো তোন কোরে।

কৈদোং মোংব তোরই পল্, লমলেল্ তেল্ক পল্, মোংব চীগংদ, য়োয়বু খোয়্মোম্ লাইরেম্ম লোইমোম্ ফঙরোই রইমন লাইজ য়ীরান্কম্ নুংবাল্ য়াংহন্বগ লুরাং য়াংখুবগ সানৌ মচী মনাও অনিমন চেক্লা চা ভুগুম্বু রারোঙ্ন রাব থুল্থিন্চইদ মসাবী নুংবাল য়াংহল্ববু পোংচেং কুয়ায়্ নুংদ হিপ্নদি মোংব তোরই য়িন্ন তাওথরক্চইদ কেগে থাইতোল্ লৌথিবগি মমোন্ লোল্, লয়ম লাইকারেম্মীন পোচেং কুবাল্ পায়নদি লম্রোক রায়, নিংথৌ সাম্ব লায়রব মহিথেল্ লয়ম কুম্জরেল্বী কুচান থেল্বু ঙমলোন্ নাতেনন ঙানব খুমু কৈরোইবন খোয়্ম নারক্ চেন্ন পান্ব কৈবু রোইনদি সাল্রোল্থিয়ে।

## কবুই কৈরোইব।

কবুই খুন্লেল্ মনিল্ নাইব, লোইবী পুঙ্খোঙ বু মরিম্নব, হেম্বা থাংজেল মরি পান্বন খুন্বী মনিল্ নাইন পান্ব পুঙ্দ, লোইবী কৈ মাইব হেম্বা লাইসোল্ হৈব কেঙ্ঙোই লওরীব,

চীংসাং কৈমাইরবন অহল্ মতম্ রোই, মাল্লই চীঙ্রোল্লরন, লোইবী পারারী, হেন্বা পুরারীবু রাকাওনদন অচোব পুরৈরোম্ব সীঙ্কাপ্ খল্ৈফ য়ূ, উমী তোন্থুম্ য়ু, লয়য়ু পুজ রোংকব পূকৃয়ু অথ্ম্ব, চাক্য়ু অহাঙব, রাইয়ু অয়াক্পবু থারী খোম্গ হান্ন য়ুরা লাফান্ তই, কাইরইব য়েরুম্ন য়েরুম্ লয়পীব, খারী লয়য়ুব, হাউমল্ সিংকুপ্ য়ান্, ঙাইরোং সিংমি পান সোই, কাইরই য়েন্খোং তম্ন, তেকৃপী সাবৈ য়েং, পামেল্ তোল্ব হয়নৌ মনান সিংস্ চেকপ্ লাবু রোইন সারেল্ সাসিন্নয়ে। খারী তোংকা কোক্ লওহইন, রাইর সামি কো, হুয়েল্ লাল্মি য়ান্ন থরায় মীকোল্ নোংদ লোইবী খুল্না মুংবু রোইরনগি হেন্বা পল্থোঙ্ থিংন তেকৃপী রোকৃয়াম্ হাং কাইরই য়েনফই চন্ন খরুঙ্ পম্থাং পুন লোইবী মনিন নাই হেন্বা মরাঙ্ হউন সারেল্ সানৈব রাংলয় য়ূনৈবদ, হাউদইন কোক্কার, রাংলয়ন কোন্দম্নরবগি চেংলও মনিং ভাঙ্ ঙকৃলী লুসম্ হাইন হেন্বা মথা চিকৃনদি সয়েঙ্ পাল্মু তিং, লোইবী মরোল্ ফাই, হেন্বা মরোল্ থোকৃলম্ থোক্তন রারোইনরক্লে। লোইবী য়ীখোয়গি য়ীমাইব হেন্বা লাইসোল্ হৈব কেঙ্ঙোই লওরীব, চীঙ্সাং কৈ মাইব অসিন লোইদাম্ কুম্বী থৃদিংগি রায়্র সামি কৌ, হুরেল্ মিয়ান্ন য়ীরাংপ অসিবু রায়র সাফা তাম্, হুরেল্ লাল্ফা রাংলে। য়ীবাং মরম্ নত্তব লাইসোন্ মথোঙ্ চাদববু য়ীরাংলে হায়ন রা চাউনরে। লোইবী মমাইব হেন্বা লাইসোল্ হৈব কেঙ্ঙোই লওরীব, চীংসাং কৈ মাইবন ভাঙজ য়িকাইরাগি তিল্লাং মথোই সাওন পাউমেল্লক্য়ে। লোইবী

য়ীপাচা হেন্বা য়ীয়েলন্নু সিংরো অয়ন ব্রায়র সামি কৌ ছুরেল্ লাল্মি য়ান্ন য়ৌরাংপ অসিবু করি মরম্ রাক্তে। লাইসোন্ মথোঙ্ থঙ্দে হায়ন ঙাইনোক্লরবদি, লোইবী পারারী হেন্বা পুরারী অচুম্ববু রোইরবদি. হেন্বা য়ীবু লইন সরী রা চুম্লসনো হায়ন মুরা লইফান্ থও, খারী লয়চুব, হাউমল্ সিংকুন্ য়ান্ ঙাইরোং সিংমি পান সোই. সরেল্ সাইবব অসিবু লোইবী নামুংন. হেন্বা অমৌ সা চাইহদব, মিংলেল্ নামুংনব অসিবু তাঙ্জ মৈতোল্ থোংন চারগে, সরেল্ সাসিল্লা পামেল্ তোল্ব হয়নৌ মনান সিংস্ চেক্‌প্ লাবু রোইনরিব অসিন পান্ব মিনা রোই. মরেম্ য়াংগেন্ সুম্সিং অসিন সরেল্ য়িম্ রোই, পান্ব য়েক্লাব কৈরেল্ রুম্বী চাবু রোইন পান্ব সারাক্ তম্ কৈরেল্ সাফুনগে। থৌরম্ অয়ন লাল্ববু রেইরবদি পান্ব য়েক্লাববু রোন্ঙনল-মোইয়ে। য়ীরাং লাইসোন্ন অচুম্ববু রোইরবদি পান্ব য়েক্-তম্‌গে কৈরেল্ য়েক্লাগে হায়ন কোরও নোংবু সোল্ন মল্লেম্ লয়বু থঙ্লস্নো হায়ন লোইবী মপারাই হেন্বা মপুরাইবু থুরুম্-লবগ খারী থোন্‌গ হাল্ববু তোংকা কোক্লও থক্ সারেল্ সাবৈ সা, ঙাইরোং সিংমি পান সোইববু সীংলেল্ য়াদ চিক্‌ন চারবদ পান্ব সাফু থোল্, কৈরেল্ সারাও থোল্বু থোক্‌ন পান্ব য়েক্তম্লক্লে। কৈরেল্ সারাক্‌নগে তোগুম্বদ লোইবী মরাঙ্ হউ, হেন্বা মথি নাইন তান্নরক্লে। লোইবী থুমক্ চেন, হেন্বা য়ীম্য়া হেপ্, পামেল্ উরক্ থায়, থোয়্ম নারক্ চেন্ম হেন্বা চৌঙ্সাং লাক্‌পন পান্ব য়েক্লাব কৈরেল্ রুম্বী চাবু রোইনদি সাল্রোল্ বিয়ে। অদু নোংগিবু কবুই কৈরোইবরো তোন কোরে।

# অতোল্ লাইস্নুচা ।

হুইতাও খোঙ্দে লাকাবী চান মরাল্ পামেল্ উ হোঙ্গে হায়বগিব তল্লা উথুম্ ভারাউবীবু, পামেল্ কারোংবীবু হোই-য়ান্‌ভৈদ, খোংজি নারেং হুংন, উনৌ খোঙ্চা সমন ওরী লীয়ায় নোপ্‌ন, পামেল্ হোইচিংলক্‌পদ, তুরেল্ মোংব য়ীবু লাইজ ফৈন তুপ্‌ন লাক্‌পদ খোংজি নারেংবু তংন লাইজ য়ীদহুম্ লুপ্‌খিরে। হুইতাও, খোঙ্দে লাকাবা চান য়ীদাইরেম্ খোংনিঙ্ চঙ্‌বরো, খুমল অতোল্ লাইস্নুচা, চইরই ফিতুং খারোন্নন পামেল্ মিংখা লাওনদি তল্লা খান্‌য়েন্‌ববু লাইজ য়ীনুং পুঙ্দ লুপ্‌নদি পামেল্ খোংজি নারেং লোললুরো হায়নদি খোসিজিন্‌খিয়ে। অতোল্ লাইস্নু চান পামেল্ তুংয়িন্‌নন কোঙ্‌য়াঙ্ উরও চয়বু লয়রাই মুংবী থক্তুম্ য়ুংলম্নগ লাইজ য়ীরোল্ নুংদ লুপ্‌ন খোংজি নারেংবু লোন্‌গে হায়ন লুপ্‌সিন্‌খিববু খোয়য়ম্ লাইগি মোংদম্‌ন হল্‌রাইরক্তুরে।

চয়েং কৌব চাঙ্‌হুং নোংগ সোয়রবদ অনৌব হন্‌ন অমরক্ মিৎয়েং সান্‌খিরুববু কোঙ্‌য়াঙ্ মাগী উরও চয়্ লাংলেল্ কোঙ্-য়াঙ্ রাচয়স্নু অকাংবন লয়রাই মুংবী থক য়ুংলম্নস্নুঙ্ লোক্‌লও সোইরেল্ হুনন লাংলেল্ রাপন্ ফাঙমে। অতোল্ লাইস্নুচাগি থরায় মমিরেম্নস্নুঙ্ লউরায় য়ুপুঙ্ কোয় চিব মইসাংববু রোইন লাংলেল্ রাখোঙ্ থাদহুম্ লৈঙমে। অতোল্ লাইস্নু চাদি লাংলেল্ রাখোঙ্ থাদ লউরায় য়ুপুঙ কোয়্ চিব মইসাংববু রোইন লাংরোনখিয়ে।

## চেংবী লয়ম।

চেংবী লয়ম, হাওকোল্বম্ চন্নন ৱোইথি য়েন, কেগে মোইরাং লয়ম চেংথু অম্বী, থোংঙাই ফাবী ময়েন্ খাঙ্ লরায় হাংসাংন মরী মকি লংস্নুঙ্ মান্ব, সংলউ হিংন তংব য়েন্, অয়াঙ্ব কাঙ্লু স্নু বংতা কাউতৌ য়াঙ্লু খম্, ৱাকপ লাইপক্ তান্ব, হয়তৌ নিঙ্খম্ন, মুংখা সম্চিন্নব, নিঙন কওব মাঙন্ন চোন্ব কৌব য়িরাং খোংগি লম্গা হওন খাৱ্রে লউকারক্পদ তুৱেল্ লাংমই পুঙ্বু কানন চোং অঙৌব লউকংলা কংদ লউৱেল্ব, লম্লেল্ চাউবী কোম্দ লম্গা থাংন চেংবী লয়ম হাওকোল্বম্ চন্নন ৱোইথি য়েন, কেগে মোইরাং চেংথু অম্বী ময়েন্ খাঙ লরায় হাঙং সাংবু য়েল্লাং মপান্ ফা সংলউ হিংন তংন অয়াঙ লম্কা থাংলে। অতনোংগিবু অয়াঙ্ কাঙ্লু স্নু পেরুক্ স্নুম্তোং য়াঙ, তরা চাহেল্ লেন্রো কোরে। কংতা কাউতৌ য়াঙ চাক্হেন্ য়েন্বু পেরুক্ লয়ম্ য়েন কোন লউকংলা কংদ লউৱেল্বদ পেরুক্ স্নুমতোং য়েন্বু ৱোইন লাংৱোন্থিয়ে।

## চাক্সান্নবী।

লম্লেল্ য়োংথুল্ চীঙ্, লোইবী নোইতম্ চীঙ্, য়োংমু সারম্ চীঙ্, সাবী ঙাইনোক্ চীঙ্ ফূইদিংঙা ঙংকা চন্নু সাইৱোন্ চীঙ্, কোন্দে খুংচুম্ মাইব, মাইব লাইকল্ চীঙ্, মহৌ

ফাইবোক্ চৌঙ্‌দ পান্‌ব য়েন্‌বো কৌবদি কদৌনোংগিনো পল্লেম্ মমা লৌক্‌লাবাচ' নোংতংন্ পায়ম লিন্‌গোইগি লুরাং নহা য়াউসা তান্‌ব মাল্‌তোম্ অহন্‌ব খোই:তোম্ অতোন্‌বগ অনিমন রাক্‌থং মইনান খোম্ল তুংয়িননব উমিং খুত্ত সুন সীং্কক্ নামই য়েপ্প চৌঙ্, থাঙ্‌রায় মার হন্‌ববু য়িংতোল্‌খিঙই, লমলেল্ য়েংমু খুন্‌দ য়োয়বু খোইনোম্ লাইরেম্ম তম্‌ফা লয়মম্লেল্ সিদবী, কোনফম্ লযতক্‌পী, মাল্‌ফম্ লয়য়ে বীন পাউমেল্‌-ন্‌য়ে। লুরাং নহা য়াউসা তান্‌বরো লমলেল্ য়েংমু থূল্ চৌঙ্ অসিবু য়াউরও স খোঙ্‌থুল্‌বু' লীন্‌ফম য়াংলই তাওব হুইমাচ লোক্‌নে। নমু পোংথোক্ লম্ হারবদি অসিনে পঙন চঙ্‌ফরোইয়ে। তৌল্লী-রেল্ য়ৌতাও লাইবু নঙন তানফংলরোইয়ে হায়ন রারং নঙম্‌য়ে। তোইগুম্ য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্ম সমু চাংজও মথূংফাং মঙা-মন বোইথি সিং হাউমল্ রোইন খোন্‌ফব ভাইরোং সিংমিং য়েন্‌ন কোন্‌ফব সিং অসিবু নুংবাল্ নমি য়োক্, লুরাং নসল্ কম্লরো। অরন পীয়ে হায়কুনো। লোইবী মরইমবী থাঙ্‌সা ভাইখোন্‌বী য়ৌতা ডামরা থম্‌তিংন্‌ন পীথংডম্‌মে হায়রো হায়ন পীথং সিংবু খোইচৌদ্ কাঙ্‌ব চন্ চাক্‌সা ন্‌বীন মযাল্ তেপতৌ তেপ্‌তাইববু ভাঙ্‌নিঙ্ সোল্‌মোই য়াম্মে হায়বগি সিস্থনো হায়ন য়াইতম্ববু মমাল্ লুরাং তেপ্‌তৌ তেপ্‌তাইবদি হারেঙ্ হারেঙ্ অনোব ডাংনিঙ্ সোল্‌মোই য়াম্‌থংলক্‌লে। হারেঙ্ হারেঙ্ অনৌ অনৌ থোইনতুম সিংন হৈনরক্‌লে। খোইচৌঙ্ কাঙ্‌ব চনু হেন সিংরো তৌন কৌরে।

মইদিঙ্ নাউথিংথোঙ্ মচাং ঙম্বন খানিং মিকৌ সিং, মইদিংঙু খাগেম্বন কসাল্ খুনঙম্‌সিং, লেংচোং মিংনাইব ফান সিং, মইদিংঙু পোইরই খুনজাওব মহৌ খুনচম্ সিং, হাউমল তিন্‌চন্দ্র, ঙাইরোং লাইতংদব সিংবু তম্‌ক চাংজও মখুৎ ফাং মঙামন সালরোনখিয়ে।

## লোইথোং লয়ম, লেরা লয়ম।

লোইথোং লয়ম কোন্‌থু নিংথৌ চন্নুগ লেরা লয়ম খোনাং নিংথৌ চন্নুগ অনিম্মন মপল্ ফুগ নোংলম্ পাল্, মহ্ য়াখোঙ্ চারল্ পাল্‌বু খূয়া য়ৌচোক্ত, খুদোল্ নাহৈন নেম্‌ন হাইগে মপুক্ তম্ রাংন হাইগে মরা চাবু রোইন পাল্লিঙইদ, মপল্‌ন হয়রাঙ্ মীসাঙ্ তংদ তাউজিঙ্ মীহয়দরিবী হয়রাঙ্ মব্ কন্দ পামেল্ উরাই হক্কুরিঙই, য়িমাঙ্ চগো খাদ, শুমাই উরোং খিনদরিবী খোয়নৌ মতা ঙাইরোই নাইবু লোইন ঙাঙ্‌নরম্ববু মপল্ শুমাই মুংনাং পাল্ কংলই য়াখোক্‌পদ চিন্‌গোয় পাউ-চিন্‌নখিয়ে। লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চন্নুন হে য়িতা লোই-থোং লয়ম কোন্‌থু নিংথৌ চন্‌রো, খোয়নৌ য়িতা য়িপিঙ্-ঙাবু, অরাঙ্ নোং নিংথৌ পাখঙ্ য়োয়রেল্‌বগি সনা মখোঙ্ খাদ রাইথুংনসে হায়ন তেম্‌সিঙ্‌নখিয়ে। খোয়নৌ য়িতা য়িপিঙ্-ঙাদি উরা রিতৈ ঙাইববু থন্‌নরোইয়ে। লাইজাঙ্ য়িকু ঙাই মুঙ্ ঙাইনগন্নুসে। ঙান্‌থম্ য়িনাও ঙাইমুঙ্ ফুইনগন্নুসে হায়ন

সরী অচেৎপ মথৈ ফংন নামুং অচেৎপবু মতোল্ লোম্ন কোরও নোংসোন্ন মাল্লেম্ লয়সোন্নখিযে। খোয়নৌ মতা মবিঙ্ঙান অচাও লেপফার, সাংসুঙ্ লেপ্, ঙমলক্ মনিং সুম্লই লেপ্পু লেপ্ফার, মনুং সংলই লেপ্পু লেপ্তাল্লকূলবদ চইরই নিঙ্তম্ল মাল্লউ থোংতম লক্লবগি চোমলাং মায়কোই হেন্ন অঙাঙ্ খদাঙ্ লৈপুল্ সা, ঙুজা পুলখিল্ থোংবু সনা লিক্লোয় হেন্ন হয়রাঙ্ পোঙসঙ্ লাইন তাওজিঙ হযকল্ তোইরক্লরবগি পাখঙ্ লাওজিঙ্ হযপাম্বন তাওজিঙ্ হয চানিঙবকুম্ব য়োরক্লবদ লোই-থোং লয়ম কোন্থু নিংথৌ চনুন মপল্ সাল্তাক্ত মতু সাল্-ফোংদন মানজ মনিংনবদ সাঙ্গেল্ সেংথন লৈরাং থাইথনবে; অনৌব কাঙ্লোল্ লৈবু লৈচিন নরবগি লোইথোং লযম কোন্থু নিংথৌ চনুদি মোম্নু সঙ্দিঙ ফিদোল্ লোম্ঙমদ য়িযোং লাইজ দকুঙমদন পল্লেম পাসোল্লে পন্থৌ পাসোল্লকলে। কপলাক্ তাল্লক্ চোক্লক্লে। ভুইদি থম্সিরক্লবগি চিন্বাল্ য়াসে কংন সাচোক্ লেংচোক্লক্লে। সেতো ঙাইমোই হোইন লিলরাই সল্লম্ য়িল্লে।

খোয়নৌ মতা লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চনুন রাহমখিয়ে। হে য়িতা লেরা লয়ম লোইথোং কোন্থু নিংথৌ চনুরো নঙ্দি কোরও নোংগগে চৌঙঙ্ পল্লল্গে হায়রক্লে। নহাল্নোং খোয়নৌ যিতা য়িপিঙচান নাওরা য়িথুঙইগিবু য়িপল্ সুমাই নোংনাং পাল্গি সবা নামুং নোংগিবু য়িতা নঙ্ন থোকাওরে। কেগে উরা য়িতৈ ঙাইবু থম্নগুনুসে হায়ন কোরও নোংসোন্ন

মালেম্ লয়সোন্ নোংগিবু য়িত্তা নঙ্ন খৌকাঙরে। খোয়নৌ য়িত্তা য়িবিঙ্ঙাবু পল্লেম্ পীশোয় বেনগিবু য়ৌঙম্দন অমল্ য়াউরাবু কাল্লোইগে হায়সিল্লকলে। অকোম্ চক্মোম্ লাংগ ল্লোইরো চায়রক্লে। শোয়নৌ য়িত্তা য়িবিঙ্ঙান অরাং কোরঙ নোংনিংথৌ চৌঙ্ঙু সনা মখোঙ্ খাদ ল্লাইথুংমনসে হায়ন ল্লাসক্নবদি সোয়নরে হে য়িত্তা লোইখোং লয়ম্ কোন্থু নিংথৌ চন্নু মঙ দি হান্ন অমল্ য়াউরাবু ল্লোইগে হায়রকলে। সাঙউববু ল্লোইঙম্মো। সাঙউ তোল্লোঙ্ব তউরেল্ লাংখল খোংবাল্ তউনৌ খুদোল্ লোঙ্ববু ল্লোইঙম্মো হায়ন পাউল্লেন্নখিল্লে। হে খোয়নৌ য়িত্তারো অযদি অকেম চক্মোম্ লাংগ ল্লোইরক্কে। ল্লোক্লেল্ লাব খাল্লোনব থুল্লৌ নৈ, লাইরেল লাব খাঙ্ল্লেং নৈ, সাঙদুং যেনকা নৈবু ল্লোইরক্কে। য়িত্তা যিবিঙ্ঙাবু তউল্লেল খাঙ্দ যেংনদি লমল্লোক্নসে। মোমন্নু চইল্লই ফিদোল্ লোম-লম্দবগি পুন্নুং মরংচাক্ অসিদি লমলেল লোইশোং লয়ম মরংচাকপু ল্লোইমেল্লনো হায়ন চিন্গোই পাউমন্নখিয়ে। খোয়নৌ য়িত্তা চাল্লবীরে। য়িবিঙ ঙাদি তউরেল্ খাঙ দ য়েংন লমল্লোক্নঙইনে। হয়েং লোইদাম্ মন্নুং ল্লোইরকপা কুম্ল ময়ায় য়েংল্লোইনরক্লবদ চক্-মোম্ খাম্বী মইনোং খোংন চৌঙসাং নাক্পক্ মরোল্ হুন, য়ীরোক্ অম্লপ্প চৌঙ্সাং নাপোম্ অরাংবু খাম্বী মইত্রেং অরাবদি পলথেং নোং, খাম্বী মইনো খোল্ন পল্থেংলক্লবদ মইবী তাঙ্গোই ল্লোইন নোংমল্মনসে, মইথু নোংলেল্ কারবল্লুঙ্ কামনসে খোইনৌ য়িত্তারো। য়িত্তা য়িবিঙ্ঙাদি লহাল্ নাওরা য়িথুঙইগি

পল্লেম্ য়ায়ক্ খোলম্ব য়াচানদরে, পস্থৌ চীনগোয় ময়াথংবু হেপ্-থোক্লকলে। খোয়নৌ য়িতা য়িবিঙ্ঙাদি কোরও মখৈমদি ফংলরোইয়ে। য়াংবল্ মতোলমদি লোম্ঙম্লরোইয়ে। অয়াঙ্ কোরও মথন্ম, য়াঙ্বন্ মরোল্মদগি হল্লাইরক্লবগ মইবী তাঙ্গোই রোইনদি কাউরেল্ সল্গি খোঙ্গুল্দ তুম্মন্নসে। হয়েং য়াউরা কুম্ রোইমনব খুদিংদ য়িতা য়িবিঙ্ঙাবু তউরেল্ খাঙ্দ য়েংন লম্রোক্নসে হায়ন খোয়নৌ মতা পললেম্ পীসোল্লবীবু সম্লাং তোনগ নাল্, খজাই লেংলোই চুপ্ন মুংসি পুক্নিঙ্ চঙ্ হেক্তাই মুংয়েং চেং, মুংরোন্ খোয়বু হোং, মিংকোই লাইজ য়ীফম্ চেন্ন য়াহম্খিয়ে হায়দবরা?

লোইথোং লয়ম কোনখু নিংথৌ চম্বুগ লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চম্বুগ অনিমন লম্লেল্ মদাইম, চৌঙ্নিগিদি চৌঙ্মই খু সল্নিগিদি সল্মই খু, কাউরেল্ রোন্থ সল্রোন্থ, মুয়ীম্ সল্লম্ চৌঙ্ কাক্ফৈ লুম্য়েং চৌঙ্, মোম্লু থীরেল্ খোম্-লোন চৌঙ্, সম্চেং তোননান্ চৌঙ, লৈরা রোন্পাই চৌঙ্বু নাতেনন লম্লেল্ মদাইম লেমলই ওমুবান্দ সাতউ তোল্লোঙ্ব তউরেল লাংথম্বু রোইন লাংরোনখিযে। লেম্রা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চম্বুন রোক্লেল্ লাব খুরৌ লৈ, লাইরেল্ লাব খাঙ্-য়েং লৈ, সীঙ্ঙুং য়েনকা লৈবু রোইখিয়ে। সীঙ্ঙুং য়েন্কা লৈন সাতউ তোল্লোংব তউরেল্ লাংথম্ব তউরেল্ খাঙ্দদি য়েংন লোইথোং লয়ম কোন্খু নিংথৌ চম্বুগ লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চম্বুগ অনিমন লম্লেল্ লেমলই ওমুরান্দ লাংরোন্খিয়ে।

# লিক্লা পীসিল্ খোম্বী।

খয়োম্বরোল্ তাওথোং কাইব চনু লিক্লা পীসিল্ খোম্বী মুরা লাংম তোম্বী খোয়্ম তেলচয়গুম্ ময়িল্লক্পী, লাংবল্ কউথাগুল্ নাল্, মতোম্ লউব্রায় হুইদ্রুগুম্ মপোপ চাউ. তেং-গোইগুম্ মনা লেক্লব্বদ মপল্ পন্থো নিংথৌ চাঙ্খোঙ্ খোঙ্ক্লাইরাইবন নিংথৌ ফান্দে সোঙ্লাইবদ কাউজনগে হায়ববু মযোম্ লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন সমু মখোঙ্বু থীনন রাকন্-খিয়ে। চক্প মহারেংব পাখং লোল্নিং য়ীয়াচা থূক্লু হংম তোম্বা, পাখং সঙ্গাই য়াঙ্নম্ সোয়ব সমু পাংসোয় নিক্পন কোঙ্য়াঙ্ রাতারয় তারি তেংব মরাক্ থাঙ্বু চইরই কাঙ্খল্ লুংদ চীন্বাল্ তারি থোংন মোল্রোন্বদ খয়োম রোল্ তাউথোং কাইব চনুন মপল্ সাল্খঙ্দন মতু সান্ফোংদন চক্প মহারেংবদ তাংথখিরে।

লোক্তু হুম্বী মরল্উন্ য়াইবী লয়ম কাঙ্নৌ তোরা মরা রোই, কৌব চীঙ্মাল্ লা· মাল্লঙ্ অয়াঙ্বন চইরই কাঙ্খল্বু হুম্থোক্লবগি চক্প মহারেংবগি সমু পাংসোয় নিক্পবু লিক্লা পীসিল্ খোম্বীন চেংলউ মিংখিংল মিংয়েং সান্থৈরবগি তাওথোং কাইব চনু লিক্লা পীসিল খোম্বীন মপল্ পন্থোবু তাঙ্জ য়িকাইরা মতু সেল্থোয়ব থাগিবু: পুক্নিঙ্ য়ীরৈ চন্নদি থু-রোন্খিয়ে। চক্প মহারেংবদি তাঙ্জ য়িকাই থোইন হুইয়ায়

সেল্কোইরবগি হুকন হান চেল্লকলে। হুকন হান চেল্লকলে হায়বগিবু মহগুরো তৌন কৌরে। চকপ মহারেংবদি খুক্ল হং নাইদন সমু পাংসোয় লিকলবগিন অরা হকুন চোকলবগিনিন মহা লোকথন্মগি লয়কু লয়রাই নুংদ কুন্ন থাঙলম্মে অগু নোংগিবু লয়কুংরে হায়ন কৌরে। চকপ মহারেংবদি অরা হুইরাং সোঞবগি চৌঙ্লেল্ লোকথন্ মদ তুমিন্ন লোংলে হায়বদি তুম্মিল্ লোক্রো লৌন কৌরে। লিকলা পাসিল্ খোম্বান চকপ মহা-রেংবগি মার মখোল্ খুনবু য়িল্লান্লকলবগি চৌঙ্লেল্ লোকথন্ মগি লাইজ য়ৌরেল্ পুঙদ অরা য়াসো লাংলবগিদমকপু চুম্ লাগুন চোংখিয়ে অতু নোংগিবু চুম্বংরে তোন কৌরে।

খয়োয়রোল্ তাওথোং কাইব চনু লিকলা পাসিল্ খোম্বান তাঙজ য়িকাইরবগি অম্মদি তাইবঙ্নমু পোঙবু রোইররোইয়ে। লাইরেল্ সেম্লই লউদহুম নোংমল্লগে। তুম্বী য়ৌরাং কোয়দ নো হাম্লগে হায়ন য়াউরউ সামকোয়, তুরেল্ মিংথাঙ কোয় তুবান্ব মকোয় য়েনবু রাকয়ই হিগ রোইন সঙলউ কউথাঙ্ কোনবু খুমু লউগ রোইন পোন্বী রায়রং চেক্ মাকপ পাল্চুম্বীনদি তোংজে। হিনাও সান লাইজ য়ৌরেল্ পুঙদ নোংমল্লগে হায়বস্থঙ্ নোংমল্ ভম্দখিয়ে। খয়োয়রোল্ তাওথোং কাইব চনু লিকলা পাসিল্ খোম্বান মপল্ তাঙজ য়িকাইয় মতু সেল্কোই রাগিবু চকপ মহারেংববু সমু নম্দ হুল্ন থেংকোইখিয়ে। সেল্লোয় চাঙলাংমইদ কান তরা চাথংদন নোংহাম্বী খয়োয়রোল তাওথোং

কাইব চনু লিক্লা পীসিল্ খোম্বান চাঙ্নুং চাদারৈ, লংমাই লউতারৈবু রোইন লাংরোন্খিযে।

## লেরা খোঙ্জোম্ব।

চক্মোম্ মোইনু চনুদি যাউরা চক্ফা লোইখল্যে। মথং-লেল্ লেবা খোঙ্জোম্বদি রাংলেল পুদ্ তিংযে। মরুনী চক্মোম্ মোইনু চনুন পাউমেলখিবে। য়াখংলেল্ লেরা নহ খোঙ্জোম্বরো নঙন কোঙ্যাঙ্ চগো মিতম্ কোনন লেরা খারোই সেম্, সরুল্ খুবৈ তিংন রা লেল্ পুঙবু তিংবন হানবদা নরুম্ অয়ন মোম্নু যাউরা চক্ফি লোইখলবন চইরই ফিদোল লোম যীয়োং লাইজি কক্পন হান্গরা যেংনসে হায়নদি তেল্শিঙ্নববু মথং-লেল্ লেরা নহা খোঙজোম্বন রাংলেল পুঙ্ তিংবন হান্নকলে। রাংলেল্ পুঙ্ তিংবন হান্নবনুঙ্ মরুম্বী চক্মোম্ মোইনু চনুন তাঙজ য়িকাইরগনে হায়বাগিদমক্পু রাংলেল্ পুঙ্ খংতন নোংহামলিঙইদ সোযবোই মপা তাঙ চাখা পুঙ্সঙ্ খুলসান্বন তারোই খম্বল্ রাগি রাংলেল্ মপুঙ্ চাবু থীন্য়েরে। লেরা নহা খোঙ্জোম্বগি মোম্নু তারোই মরুম্বী চক্মোম্ মোইনু চনু য়াউরা চক্ফি লোইখন্বীদি সুজা চইরই ফিদোল্ লোম্ঙম্দন য়ীয়োং লাইজিবু কক্ঙম্দারিবনিমিন মথংলেল্ লেরা নহা খোঙ্জোম্ববু তাংজ য়িকাইর হুইয়ায় সেন্গোই রাগিবু মোম্নু মাগি মখুংনু য়াউরা লবো তেম্ন সমু মথুঙ পায়নদি

নাপ্ন সিনস্নুরম্‌দ চুবা লৈখেৎ তম্‌ন মথন্ন খিন্ন চয়ৰিখিয়ে। চক্‌-খোম্ মোইনু চন্ন যাউরা চক্‌ফি লোইখন্‌বীদি অমল্ য়াউরাবু কারোইরে। চক্‌খোম্ মোইনু চন্ন থরই চামোইবন পোক্‌পী লেম্‌লই চামোইবন য়েনবীন রোইখিবৰ্ য়াউরা পুজাও রোননদি হাউরয় লাইনা পাংবরম্‌দ তাংলৈবী, হয়তুপ্ পোক্ নাওকন্ মাঙ্ , হিয়াঙ্‌তেক্ থাঙ্‌লাইবন্নু মরও পল , কোল্‌লোইব খুদোপ্‌ন তৈল্‌হৈ রও হুইয়াই হিহোন্ খোংরম্‌দ খোক্‌রায়ব রম্‌দ পুরেল মপান্ ফান লাংরোন্‌খিয়ে।

মথংলেল্ লেরা নহা খোঙ্‌জোম্ব রাংলেল্ পুঙ্‌দিংবস্নুঙ্ কোরও মুমিৎ মঙানি স্নুরবদ মদাইরেম্ হাউনু খুদইনুগ মরিং কুমনা খোঙ্‌নেম্বীবু মাল্লেম্ লয়খোঃ সোম্ য়াউরা হামোই মল্ তিঙ্গোই মসম্ ফোয়বদ মরুম্বী চক্‌মোম্ মোইনু চন্ন য়াউরা চক্‌মোম্ লোইখনবী অমল্ য়াউরাবু কারোইরবীন মদাইরেম্ হাউনু খুদইনুদ থরাই মিরাং পাল্ আতিংঙান খুজেং হংজি পায়ব মোম্‌ন্ন তেক্‌ঙাই মপাও চাউব পিরেম্ থক্‌মদন পাউমেন্-জখিয়ে। হুইয়ম্ হাউনু খুতইনুরো থংলেল্ লেরা নহা খোঙ্ জোম্বন অয়বু অমল্ সিঙ্গলবদি মল্লেম্ লয়সা অঙাঙ্‌ব কোরও নোংলুমপাল্ অঙৌবগ চইরই য়ীখুৎ সা মাল্লউ ফিরাং চাল্ রোনখোক্‌পস্নুঙ্ লল্‌রুল্‌বীরকয়ে। মোম্‌ন্ন অয়গি কোঙ্‌য়াঙ্ য়ীখুৎস্নু খোরই নিংতুম্ব লওরাই কামুখোক্ তেংনৌ য়াপাক্‌প লাংলেল্ রারুকোন্ সাফাবৰু খাল্লৈ লউপাক্‌প চাইজি লউরেম্বগি খাল্লৈ য়ুপুঙ্ থক্কুদি খোকাওরম্ববু অমল্ সিহুন্‌বিরক্তে হায়ন

হয়িং পেংলোই নাই খোইয়া খোড্তাড্বু নোংচুপ্ হাউরেং কাইব মথুং থা হাউম্নু সোল্মোই তাউবী ময়া রিংদ চাম্লও লান য়োম্ন য়াঁথংলেল্ লেরা নহা খোঙ্জোম্বদ লম্রোক্নরুরো হায়ন থেল্রোঙ্লক্য়ে। মথংলেল্ লেরা নহা খোঙ জোম্বন নোম্নু তাল্লোই মকুম্বী অমল্ য়াউরাবু কারোইখিরবীগি কোম্লোই মতিল্মেল্ লুংসি কোংগোই মরারেপ্ লুংরোন্বু থোকাউদন মকুম অমল্বীগি তাঙ্জ খোঙ্গুল্ লীন থাল্লৈ য়ুপুঙ থক্ত পোংলম্‌ মসিঙ্ স্নন লৈঙমূয়িগিদি অমল্ অমরক্ সিউন্বিগে হায়নদি য়িন্তান্খিবু থুমল্ থোন্ব মচন্ খোয়নৌ লৈরা কৌবী থাল্লৈ লউরাং চয় তেংকোক্ হইরোই নাইদি লৈঙম্দে তাঙ্জ লিলথী নুকোল্ সেরল্মইবু লৈংঙ্গে। লিল্লা সোক্ন থীবন, চইরই ফিহাই ঙম্দব লিল্নদি ঙম্পল্লে। মথংলেল্ লেরা নহা খোঙ্জোম্নুড, অমল্ য়াউরাবু কারোইর অকেম্ চাক্মোম্ লাংগ রোইন নোংমল্লে।

লেরা নহা খোঙ্জোম্বন রোইখি লাংদি হাউরই লাইনা পাংব রম্, অরাং থাঙ্রায় লম্মহল্ লাইকা লম্তাই থেং য়েন্নান লম্নুংসি, রোক্থোক্ লন্মহল্দ পানব লাং খোয়্ম য়াঙ্তেকপ, লাংচেং চৌফইব, মইদিঙু নোইনাই থরান্ থাব সীঙ্কাপ্ লানচাই লাং, হাউনু ময়ি থুখী ফান লাং, পাথঙ্ লাংন সানম্ লাং, গুরা লেংখাড় সানম্ লাং, খোয়্ম য়াঙ্তেকপ লাংচেংচৌফইব, লাংদোল্ লাংনা সানম্ লাং, লাংনা কোংতাল্‌-বু রোইনদি লাংরোনখিয়ে।

# লাংবখোই অথৌব।

স্নুংবাল্ হাউরা লাংবখোই অথৌব চইরই কাসল্ ফিথন্বন সীঙ্লেল্ য়াইপল্ য়াই অমূববু তাঙ্জ কোক্ত থেংন সীঙ্লেল্ লৈচিন্নবন মকু থাপ্লা অয়পী অয়চেপ্ থেংঙইদ কুমাও পল্তাল্ব, সায়ব পলশিংপদ সীঙ্লেল য়াইশল্ য়াই নম্ চেংলও সক্উদব য়াইবু সীঙ্লেল্ কোক্ত থেংপবু সায়ব মচিন্ তুম্ব খোইবু ময়া সাবন থেংথলগুরবগি, মাল্লেম লয়দ তারবগি লোইবী খোঙকন্ য়াঙ্ব, মরেম্ লালন্তা য়াঙবন থুনখিরবগি মকু থাপ্লা মলিল্ নাইবন চেংলও মিংথিংলবগি মকু থাপ্লান মথি নাইন অয়বী অয়চেপ্ মরাঙ্ হউন তিমেল্ মখুৎস্নুবু খুংপাক্ তিল্লাই মেন্ন তিমেল্ লেম্লই তানোয় চোংগুম্ন লোইবী হাউয়াম্ চোংনদি তক্চিল্লক্লবদ স্নুংবাল্ হাউরা লাংবখোই অথৌবদি তন্ব মমাই লইদন সয়েঙ্ পাংশাম্ তিং ফইরা তানবুম্ থীঙ্ন রোক্লেল্ লাংতোল্ সম্ব কাউগুম্ তন্ব চুপপ্র থোই লুরাং লাইবু রাংনদি তিমেল্ মখুৎস্নুবু খুংপাক্ তিল্লাই মেন্ন লোইবী লাল্ফম্ থিংলেল্ লাইজ থিংখৎপগুম্ন থাঙ্লবগি পোইরই অথৌ লাং গোল্ থোক্রবগ মকু থাপলাগ লাইরেল্ মইদিংগুগি মদাইরেম্ স্নুংবাল লাংবখোই অথৌবনে লোইবী অথৌবসিংগি লোইবী অথৌব কয়ামরুম্নু লৈরিবনো স্নুংবাল্ মাঙ্দ চোংথোক্লক্রো হায়ন পাউমেল্লবদ লোইবী হাউ পাথঙ্ মঙাদন স্নুংবাল্ মাঙ্দ চোংথোক্রকলে। সমু হক্থেং ফংন তিমেল্ নম্হুন্নরক্পবু স্নুংবাল্

চুঙ্নোং মনম্ থাঙ্নদি তিমেল্ তাজিন্ মঙামমু থেংথোক্লবগ হেন্না লাল্পুম্ মঙামবু মাপ্লেম্ লয়ফাউ তুন থিন্থুরবগ হেন্না তাঙ্জ লুরেল্ কক্লিঙইদ লোইবী হাউয়াম্ চোংব হেন্না থেরাং থাং লোইবী মথা চিক্ পীস্নম্ পাগোয় লই ডক্লী লূসম্ হাইন লাইথাঙ্ হুইয়োম্ সান তিমেল্ তাযাম্ হুলচিলললবগি সুংবাল্ থনুং থিংল চইবীরবগি হুইয়েল্ লাল্পূন মঙামক্কি, হেন্না থক্ত তোংন নোংমল্লে হায়দবরা। সুংবাল্ তাঙ্জ লুরেল্ তোন্দি লোইবী থোঙ্কন্ য়াঙ্ মরেম্ লাল্তা য়াঙ্বনদি হয়রগে। সুংবাল্ সরী লোলোই তোন্দি সীঙ্লেল্ য়াইপাল্ য়াই অমুবদি সোক্লম্নবগি তীঙ্নৌ য়াঙ্লী তংকবরা তংপীদ থোয়রা লোক্চম্নন মকেঙ্ চাথগবরা হাথদে পুরেল্ মপান্ ফান লাংনা মকা চাউন তিংগোই পুম্থাঙ্ লোন্গবরা লোনবিদন মহী মনাইন মাপ্লেম্ লযদ তাবন হাউরি কোল্লাং রোইথিয়ে। পামেল্ উদ পক্পন সমু মহক্সাং, সরী লোলোই তোনন লয়সোক্ তোন্কম্ রোইনদি লাংরোন্থিয়ে।

## খাইনু লৌথিবী।

লহাল্নোং থোংনাং মনিংথৌ ময়াং লয়গাবন মদাইরেম্ থোংনাং তান্দে ফিসাবদ পাউমেল থিয়ে। য়িদাইরেম্ থোংনাং তান্দে ফিসাবরো ময়াং নিংথৌক্কি অসিবু কোরও মুমিং মঙানিদ চইরই ফিদোল্ লোম্নন য়ীয়োং লাইজি কক্রো হায়থিয়ে। মদাইরেম

থোংনাং তানদে কিসাবন ময়াং নিংথৌ ফিবু কোরও নুমিং মঙানিদ চইরঙ্গ ফিদোল্ লোম্নন য়ীয়োং লাইজি কক্ঙম্দরবগি থোংনাং মনিংথৌ ময়াং লাইজিঙ্ লয়মাববু সোংকির রাগিদমক্পু মদাই-রেম্ থোংনাং তানদে কিসাবন ময়াং নিংথৌ ফিবু খোইদোম্নন থোংনাং কত্তাপাল্বু নম্নাক্নন রোইথি চেক্, থোংনাং চেঙ্-লুম্লেতু মচন্ খাইনু মাল্, খাইনু লৌথিবা লাইসেং চেক্রো কৌবদি কদৌনোংগিনো ?

হয়রেম্ লুম্চেং তাওবগি মমোম্ খাইনু কৌবীন লমলেল্ কেন্চি কোপ্, য়ীকোপ্ লাইপল্ সোয়দ লেম্লই তোতারইয়ে হায়ন থুন্গাল্ খাইনু লৌগিবাবু য়িনলক্ নাই ফাবঙম্ন ফারঙ-রবগিদমক্পু মপল্ পন্থো নিংথৌ হয়রেম্ লুমচেং তাওবন মমোম্বু মরাল রোনতেরক্ থাঙলউ হনরাইরক্করে হায়ন হয়রেম্ চম্বরা, থুন্গাল্ লেম্লই ঙাহা তানমনবীসিংদ পাওহংখিয়ে। য়িমোম্ খাইনুব মরাল্ রোনতেরক্করে হায়ববু খোয়নৌ মত লেম্লই ঙাহা তান্মন্নবীসিংন পন্থো হয়রেম্ লুম্চেং তাওবরো পোয়নৌ য়িত্তা খাইনু লৌথিবীদি নোংয়ায় নিংথৌন লেম্লই মাগি ঙা হুরয়ে হায়ন পাওতাক্ ঙম্ব রাগিবু হয়রেম্ লুম্চেং তাওবদি নোংয়ায় চাউব পুঙ্বু য়িন্তানখিরে। নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌদ পাথৌ নোংয়ায় খুমন নিংথৌরো য়িমোম খাইনুগিদমক্পু কাউরেল্ সল্-সাগে তাইয়ম্ নাইসাগে হায়রক্লবু নোংনায় খুমন্ নিংথৌন পাথৌ হয়রেম্ লুম্চেং তাওবরো তাইয়ম নঙ্গি নাইরোই থি কাউরেল্ নসল্চানদি লেম্লই অয়গি ঙা হুরদে হায়ন রাকন্

ঙম্নবগি হুয়রেম্ লুম্চেং তাওবদি মরাল্ রোন্দেরক্পবু হুমিদাং তাংলও লয়ন থেঙ্লবগি য়াংলও সা সঙ্ঙাই রামবী চান তৌ-বগুম্নদি য়াহিপ্নন কাঙ্বী নম্ঙানন য়িদুং খোম্লেল্ তুম্কুন্খিবদ চৌঙ্ঙু নোংখৌ সরারেল্ অরাং পাখঙ্ য়োয়রেল্বন কোরও থারুপ্নন পাউমেন্থরক্য়ে। হুয়রেম্ লুম্চেং তাওবরো করিগি খোম্লেল্ তুম্কুল্লিবনো য়াহৌরো। নমোম্ খাইন্নুবু লাই-সেংনব হুয়রেম্চা পাখঙ্ য়িম্নিং চাম্লউ লাঙাকৃপ সোয়রেল্ পাংলম্ কোইবন নাওরা কোঙ্গোই লাংদ হয়রওব চেক্, খোংনাং চেঙ্জা লুমলেল্ তুবু লৈবনে। পোন্চেং লাইচম খনন নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌদ লম্রোক্নরুরো হায়ন কোরও থারুক্নন পাউ-মেন্থরক্পবু য়ীন্নুং খোম্লেল্ মঙ্থৈনরক্রবগি হয়রেম্ লুম্চেং তাওবদি হয়রেম্ মপুঙ্য়ায় খুল্চাল্ ময়িম্ নাক্পু য়িলতাল্লকলে। হয়রেম্চা পাখঙ য়িম্নিঙ্ চাম্লউ লাঙাকৃপ সোয়রেল্ পাংলম্ কোইবন নাওরা কোঙ্গোই লাংদ হয়রওব চেক্ খোংনাং চেঙ্জা লুম্লেল্ তুবু পোন্জেল্ লাইচম্ খন্ন হয়রেম্ লুমচেং তাওবন নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌদ পাথৌ নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌরো য়িমোম্ খাইন্নুবু লাইসেংবীরো হায়রুববু নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌন পোন্বী রোন্থোক্প চেক্লা সোঙ্তাব নিগিন খুনচাল্ খাইন্নু লৌখি-বিবু লাইসেংবিরক্য়ে। অদুনোংগিবু খাইন্নু লৌখিবী লাইসেং চেক্রো তৌন কৌয়ে। খুনচাল্ খাইন্নু লৌখিবী লাইসেং চেক্ খোংনাং চেঙ্জা লুম্লেল তু, সারা পাফঙ্ থৌ পোন্বী, নম্লম্ য়েংলবস্তুও নম্ন ঙান্ব চেক্, চেক্লা থারম্ য়েংলবস্তুঙ্ খান

ভানুব চেক্পু্ খোংনাং তানদে ফিসাবন চেঙ্জা লুম্লেন্ তূ অরেম্ব চেক্পু্ রোইন লাংরোন্খিয়ে।

## লয়ম নুরাম্ খাম্বী।

লম্লেল্ মদাইম কেগে লোক্তাক্ রাল্বরেল হেল্লুজম্ মবম্থি, থংতেক্ কাঙ্মনাও মতুয়া, য়াইখীঙ্ কাপ্নরম্ সো লেল্ হনুন রায়, পানুব চুঙ্সেল কোল্, সোংলেল্ পন্খোঙ্পোক্, য়ীহোহা অঙোব লেলম্বাব সোয়, খম্নিং কোনদ পানুব য়েন্, সংলউ য়েনখোম্ মোন্, য়েল্লাং মাইকোনুব, লয়ম নুরাম্ খাম্বী পাওয়য়-খায়ন য়েন্, খুলখুরা য়াংকেন্ তোংবন সারক্ খায়ন য়েনুরো কৌবদি কদোনোংগিনো ?

কেগে খাইতোল্ লোখিবন তাল্লোয় মরুম্বী খিংখিং হয়রী পুঙ্দোংব চনু লয়ম নুরাম্ খাম্বীবু রাংলই কোন্দো খোংঙম্, লুজ তিন্চুম্ খানঙ নিকুন তোপ্ন হুল্লালুনরবগি য়াংমোম্ লয়ম ফান্তেক্ অচাব চনুবু হোয়খিখিয়ে। য়াংমোম লয়ম ফানুতেক্ অচাব চনুন লাংলেল্ কোঙয়াঙ্ ঙাম্চাউ তোংন লোক্তাক্ য়ীয়ায় খায়ন মরাল্ নুহোঙ্ খোঙ্দোংলকুপদ খিংখিং হয়রী পুঙ্দোঙব চনু লয়ম নুরাম্ খাম্বী হাউনিঙ্সং, লয়ম নুরৈ সংবীন য়ীচু নিংথৌ খুল্খুরা য়াংকেল্ তোংব কবো লোখিবরো নচেম্ অয়বু কেগে খাইতোল্ লোখিবন তোপ্ন হুল্লালে। নোংবাল ফানুতেক অচাব চনুবু হোয়খিখিয়ে। লাংলেল্ মাওবী উঙাম্ ঙাম্চাউ তোংন মরাল্ নুহোং খোঙ্দোংলকুপ অসিবু

থাঙ্‌লেল্‌ নখূং স্নুন লূরক্‌ কাং্‌দৈ খি, খৌনাও লেল্‌থোং লেল্‌ন চয়পিরো হায়ন খৌনেক্‌চখিয়ে। মতু নিংথৌ থুল্‌থুরা য়াংকেন্‌ তোংবন থুয়োল্‌ থাঙ্‌ কারুব মসোয় মাঙ্‌, থাঙ্‌লেল্‌ লুচঙ্‌ সোয়, রাব অয়াং খোংদ থাঙ্‌লেল্‌ মখূং স্নবু থৌতু স্নুঙ্‌মায় সিং, লাইজ খিক্‌ফেন্‌ চাইন, থাঙ্‌লেল্‌ মথৌ হেনন ভাইথাম্‌ চৌঙ্‌দ য়াংমোম্‌ লয়ম ফানতেক্‌ অচাব চনুবু মরাল্‌ লুহোঙ্‌ খোঙ্‌দোংলক্‌পদ থুল্‌থুরা য়াংকেন্‌ তোংব কবোরা লৌথিবন পাচা পামোং লক্‌কিবু রূদরে। ফক্‌লোং তাইকোন্‌ মুংগিবু থঙ্‌দরে। কেগে মুকাপ্‌ অসৈবন মরাক্‌ মরাল্‌ থোইবন অসৈ তেরাল্লক্‌য়ে। খিংখিং হয়রী পুঙ্‌দোংব, থুল্‌থুরা য়াংকেন্‌ তোংব, কবোরা লৌথিবরো পাচা পামোংলক্কি রূদরে, ফক্‌লোং তাইকোন্‌ মুংগিবু থঙ্‌দবরো হায়ন অসৈ তেরাল্‌ রাগিবু কবোরা লৌথিবগি থাঙ্‌লেল্‌ মখূং স্নুনদি য়াংমোম্‌ লয়ম ফান্‌তেক্‌ অচাব চনুবু পাচা পামোং লাক্‌, ফক্‌লোং তাইকোন্‌ মুংগিবু মচুপ্‌ মরায় থায়ন য়ান্‌থায়রে।

য়াংমোম্‌ লয়ম ফান্‌তেক্‌ অচাব চনু মোম্‌গু তাঙ্‌জ মসম্‌-জিন য়েন্‌সম্‌ চরাং রোইখিয়ে। নোংয়ায় থাঙ্‌কোল্‌ হুনব য়াহৌ য়েন্‌, পোংন্থু য়েন্‌কম্‌ চনু সিথি য়েন্‌, থুংন্‌ চুন্থ অথৌ লাংথৈ সীঙ্‌রোন্‌ য়েন্‌, মোইরাং থাঙ্‌দেরা অথোব তেল্‌হৈ য়েন্‌, য়েন্‌সম্‌ চারাং রোইন সাল্‌রোন্‌খিয়ে। তাঙ্‌জ মাগি লুরাইরেল্‌ সরাকন লীন্‌থু থরো রোইন সাল্‌রোন্‌খিয়ে। য়াং-মোম্‌ লয়মগি চইরই মকানকূন থাংজিং কেবাক্‌ রোইন

সাল্‌রোন্‌খিয়ে। য়ারেল্ মাগি খোংচি তোল্‌ন সারেল্ য়েন্‌হয়কক্ হয়কক্ চীনি রোংব, নোংয়াম থীঙকোল্ হন্‌ব পাসি লাঙলোই ঙম্বদ পোল্‌চেং লাইচম্ থন্‌ন য়াহৌ য়েন, সারেল্ য়েনহয়কক্ হয়কক্ চীনি রোংবব্ রোইন সাল্‌রোন্‌খিয়ে। য়াংমোম্ লয়ম মোম্‌থু সঙ্‌তিং মখাঙ্‌নপ্, থুরা খিখিং লুরোই থাঙ্, ঙাইখোং থুবী খোঙ্‌হৌ থুরা কুমচিং ফায়েং লী, মোম্‌থু সঙ্‌তিং লোন্‌যাম্ব, মেন্‌নোঙ্ থূংন রোনব, থুরা সঙ্‌তিং খোম্‌ফারীন সংলও য়েনখোম্ মোন্ য়েন্‌লাং মায়কোন্‌বব্ রোইন লা রোন্‌খিয়ে।

## লয়ম তাংখোম্বী।

লয়ম কুথাপ্‌লা তাংখোম্বীন সাল্‌রোন্ চেক্ অহিং সেক্‌পী লোয়াম্বীরো কৌবদি কদোনোংগিনো। মোইরাং থীঙকিরি নাচাউবন লয়ম কুথাপ্‌লা তাংখোম্বীগ তাল্লোই মরুম্বী অযবী অয়চেপ্ চন্থুগ অনিমব্ তাল্লোই থাচিক্স, লুমলেল্ থাবাংনন পাল্লম্ঙইদ মোইরাং থীঙ্‌কিরি নাচাউবন লয়ম থাপ্‌লা তাংখোম্বীব্ মিংয়েং নম্‌থী, রাংলই কোন্‌ঙৌ পোংগুম্‌ন তিনচুম্ থানঙ্ নীকুন রারোইখিয়ে। মোইরাং থীঙ্‌কিরি নাচাউবদি মোম্‌থু তাল্লোই মরুম্বী লুমলেল্ অতোল্‌বীদ চেংলও মিংকম্ থন্‌ম পুকুনিঙ্ মঙানরবগি মায়োক্ থাবা মিংয়েংন, চিল্‌বাল্ খোয়রুম্ মোল্‌মোল্ তৌনদি তাল্‌লোই মরুম্বী লুমলেল্ অতোম্বীনমুঙ্ খুগা নান্‌বী রা সম্‌চেংন পোন্‌থাল্ খোইনদি সম্‌লাং

কায়ল্ চল্হল্দন চোম্লাং মায়কোয় হেন্ন সীঙ্লেল্ লৈচিল্ থোই, হক্চাং মরোঙ্ সেম্ন হয়রাঙ্ য়োয়থোল্ননদি তোইন-খিবর্ তাল্লোই নরুপী লয়ম থাপ্লা তাংখোম্বীন থংলেল্ মোইরাং থীঙ্কিরি নাচাউবরো নরুম্ অয়বুদি তরা চানম্থীগুম্ রাংলই কোন্ঙৌ থোংগুম্দি তিন্চুম্ থানক্ নীক্নদি ছল্লাল্ মল্লে। পায়ম করি খোয়জেলনো? রোন্খোক্য়ে। তাল্লোই নরুপী অতোলবী নপিঙ্ঙান সীঙ্লেল্ লৈচিল্ থোই, হক্চাং লী-য়েংনন য়োয়চান্নব অসিব্ চেংলও য়িমিংপু পাঙনন খোম্লেল্ তম্কল্লগে। অহিং চেংলও য়িমিংপু পাঙনদি য়াংগোইজরগে হায়নদি কোরও মমি য়োক্প রাংবল্ মসাল্ কন্বব্ কোরও লন্সাজখিয়ে।

মতু নিংথৌ সেলবী লোইকেলব কবো লোইহাইবব্ লম্-রোক্গে হায়নদি পল্লম্ চংথোক্লক্পদ অহিং য়ীনুং সোয়য়ায়মদ চংবী লাকোল্ চঙ্ পুক্নুং লাহয় চীন্ অথুব্ব্ চানদি অহিং সেক্পী লোয়াম্বীব্ রোইন সাল্রোনখিয়ে। অতুনোংগিব্ লয়ম থাপ্লা তাংখোম্বীন সাল্রোন চেক্ অহিং সেক্পী লোয়াম্বীরো তোন কোরে। অহিং সেক্পী লোয়াম্বী, নোংখিল্বুদি য়াহিপ্পী অহিংবুদি চাক্তাবীরো, মখোঙ্ থারাল্ কাওরোঙ্ মাল্বন পা-মেল্ উকৈ কোন্ন য়াহিপ্পা চেক্, মকোক্ তাঙ্জ লিল্লু মান্বম মালেম লয়থা পাংন পোম্বী মথীক্ পোঙ্ চেক্লা মথা থল্ন তরেং সেল্থাই য়াল্গুম্ মথোঙ্ কোরও নোংবু পাং, পামেল্ উকৈ কোন্নদি য়াহিপ্প চেক্পু লয়ম থাপ্লা তাং-খোম্বীন অহিং সেক্পী লোয়াম্বীব্ রোইন লাংরোন্খিয়ে।

# নিংথৌ মবু থিব।

নিংথৌ মবু থিবম মমোম সোবোল্ য়াইরেল্ চনু কৌবীমু পোক্লকুলে। মমোম্ সানম ভাইথীংভোল্ অভোলবীবুম্ন ফুইরক্লবদ মমোম অনিমন অচাউ লেপ্ফারকুলবদ কোরও মুমিং অমদ মপল্ নিংথৌ মবুথিবন রাহমখিযে। হে যীমোমরে',সানৌ নচী ননাওব নপল্ অয়গি খাগ্লে যারওরেল্, চেঙ্লই উক্লুংদ থাগ্লে অয়গি লউনামুংদ লউতারুরো হায়ন পাউমেলখিয়ে। কোরও কুমিংমদ সানৌ মচী মনাওন হযবেমগি চাঙ্, খুলচাল্ পালজুম্ খেল্ সোপোন্ য়াইকোলন্নুবু ভম্লোম্নন খাগ্লে লউবেল্ব চাইজি লউপাকপ লোইদাম্ .কুমদম্ লউ, নোংবাল্ লোইচা য়াঙপান সিদ নাদ ফউব লোইনোম্ ফউরম্ তরেংপু হুনন নম্ন পো:পুমমুঙ্ মতা, খাগ্লে য়োংমুঙ্ মতা, অনিমন অসৈ লউতা সৈ, য়োয়রেল্ লউকুম্ সৈন চেংলই লউতায়ে। কোনথা যাইরাউয়ে। লোইদাম্ কালেল্ থাদ সানৌ মচী মনাওন খাগ্লে লউতাখিযে। লাংলেল্ কোঙ্যাঙ্ রাক কোন্ সাফাব থোরই নিংতুম্ন তেংনৌ য়াফাকপব কোঙয়াঙ্ থাঙ্তপ্ পায়ন মুরা থাঙ্চেং মচিরাং খুংপাক্ তিল্লাং মেল্ কোরও নোংয়োন য়োংলই নোংথাঙ্ কুপ্ পোরোম্ মতা সম্ কৈথেং মরু তুপ্ হারু নোংগ ফৌ য়াংদৌ মমই সম্ রাহি কোক্তাই সোই য়োংলই নোংথাঙ্ কুপ্ন অসৈ খোল্মাল নন য়োয়ময়ায় লাইবেল্ তাওদলববু তেংথানন হে মুমিং খাগি নহা সাফবরো

মুমিং নঙ্বু ল্লাংন কা থবী ল্লাংন হুন্থংলক্লে হায়ন অসৈ খোলমানুনন তেংথারিঙইদ তাওদল্ব থবী সেল্থোইরেঙ্ অপালবন খাগি নহা সাফবন কোল্লও নোংনাং পাল্গি ল্লাঙ্বল্ মসা কাইদগি কোল্লোই অমেঙ্বন পাওমেন্থরক্য়ে। হে মোম্নু চেংলও সক্কোই হেন্বীরো মুল্লা চেংগোই মিংচুবী নাওল্লা খূসা অতেংবী সানৌ নচী ননাওদ চীন্গোই পাওহংগে পাওখুম্রো। কোল্লও মুমিং চুপ্ন খাল্লে লঙ্তাবদি য়োংলই তেংপাক্ মপূম কয়া মুল্লবনো হায়ন মপাও মোমোন্ নোক্ন পাওহংখিয়ে। সানৌ মচী মনাও অনিমদি কোরও মুমিং চুপ্পগি তেংপাক্ মপূমবু থীথঙ্দবগি তাঙ্জ ইকাইল্ল হুইয়াই সেল্কোইরবগিবু তাঙ্জ মরু লূক্ মাল্লেম্ খোঙ্বী হুইন নোই মাল্লেম্ লয়বু য়েংন ইকাই চেংলোই পাউখুম্দে। তাওতল্ব খাগি নহা সাফবদি সামতোল্ অয়াঙ্ববু কাইদোংন নোংচুপ্ ঙম্থংন খোংনাং নাতৈনন লাংগোই সগোল্ অপাইববু মাল্লং চয়ল্লোইনন থম্গোল্ লেংতিন্নন য়াংগোইখিয়ে হায়দবল্লা। সানৌ মচী মনাওল্লুঙ্ অঙানবন খোক্মই নেম্খিরবগিবু মরাল্ লোইমুম্ য়ায়দ তাঙ্জ মরু লূক্ হুইয়াই পোল্বী সেল ন য়াংলও লমতৈ য়িল্ন খাল্লে লউকাল্লক্লে। মপল্ পান্থৌ নিংথৌ মবু খিবন ল্লাহম্খিয়ে। হে য়ীমোম্ সানৌ য়াইল্লেল্ চনু সানৌ মচী মনাওন অসি কোরও নোংপুঙ্দ খাল্লে লউকা য়াংলক্পদি করিনো হায়ন পাউহংখিয়ে। হোয়দ নমোম্ য়িপিঙান খাল্লে লউকা য়াঙ্লক্পদি য়িপল্ পন্থৌ নিংথৌরে। নমোম্ য়িপিংঙাবু

য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদলব খাগি নহা সাফবন কোরও নোংদোল্ থক্কগি রাহমলকয়ে। হে মোম্নু পেম্ম অনিমরো চীন্গোই পাউহংগে পাউখুম্রো। কোরও নুমিৎ চুপ্ন মাল্লেম্ মনা রোইন থাল্লে লউয়ান্বদি য়োংলই তেংপাক্ মপুম্ কয়া নুবনো হায়ন পাউহংলক্পব্ নমোম্ য়াঁপিংগান কোরও নুমিৎ চুপ্পগি য়োংলই খীঙম্দন তেংপাক্ মপুম্ থঙ্দবগি পাউখুম্-খিদে হায়ন পাউদম্লবগ মপল্ পন্খো নিংথৌন রাহমখিযে। হে য়িমোম পেম্মরো নবিঙাদি নপল্ অয়বু নোংমনদবিযে। হয়েং কোরও নুমিংমদি থাল্লে লউকুম্রো লংমাই লউতারো। নপল্ অযসুঙ্ থাল্লে লউকুম্গে চেঙ্লই লউতাগে হায়নখিল্লে।

তাওদলবন থবী মতাং তেনখ্রবগি অমম্ থোন্ব নারল্ সি মীসল্ লাবন কোন্গার মীনাই লাবন যীম্চঙ্লব অহিং যিস্নুং খোন্লেল্ তমখুন খিরবদ খোইমোম্ লাইন খোম্লেল্ মঙ্পাউ চেল্লরে। হে নিংথৌ মবু থীবরো অযদি যোযময়ায লাইরেল তাওদলব তাওরোইনাই অপান্বনে। নোংপোক্ তউদিঙ্ তউ, নউরাই বোং সাফব, উমাইকোন নীঙ্খিব উরিকোন্ সাফব, কোঙয়াঙ্ রাসাং কংন মই, কউরা মচেং রোলকোই মই, সাঁড্বী মইলুম কংন মই, লাইজ অউরি সান মই, তাইবঙ পুন্সি সংন মই, কংলয় পুঙফা মই, সনা খোম্মদোল্ অতোল্বনে। নমোম্ সানম্ ভাইথীঙ্ তোল্বু কোরও নোংনাং পাল্দ পাল-মনগে হায়ন পাউমেল্লবগ য়ীস্নুং কোব সোয়খিল্লে। কোব সোরা ভাল্লকলে। নৈমু রাবন মসোং চাও লয়হও রাবন মঙান্

লারক্লবদ খোয়ময়ায় তাওদল্বদি থাগি নহা সাফবদি কুমিং রাংন কা থাবী রাংন চোংলক্পদ লাংগোই মখুনেংপু খুংসুরী মীতম্ চিং, সগোল্ কোল্চল্ লুকক্নবু থোপামলবগ মচিল মো-মোন্ নোক্ন মাপাও কোল্লোই হংন সগোন্ খুংসুরীবু পায়ন পাউহংলক্য়ে। হে য়োয়বু নাই পেমমরো সোবোল্ য়াইরেল্ চনু সানৌ মচী মনাওবু অগাং কোরও কুমিংমদ কোল্লোই য়িয়াথংবু পাউ হংবগি মাল্লেম্ য়িকাইয়ে হুইযায সেলখোয় নিক্লম্য়ে। কদাইনো পাউগুম্দব অসিবু হায়ন পাউমেল্শরক্যে। মপল্ পন্তো মবু থীবন থাল্লে যুপুঙ্ থক্ত য়িরুম নাঙসং অমান খাদ থান ফম্ ফমলে। য়িরুম নাঙসং অমান থক্ত থনন ফম্লিঙৈদ নাতারবগি মমোম্ অনিমদ পাউতাক্খিয়ে। য়ৗমোম্ নপীঙ্ভাসুঙ্ পাউথুমরো। তাওদল্ব নঙসুঙ্ লাংগোই সা-দোল্ অয়াঙববু কোরও নোংনাং পাল্দগি য়ীমু ফমলম্ সীন্মান সরুক্ লউতম্ হুল্মানগে হায়বণিবু লাংগোই নখুনেং অপাইবগি তাঙ্জ মখোঙ্ খুল্বু কয়া সুবনো পাউতাক্পিরো হায়ন পাউ-থুমরো। মমোম্ সোপেল্ য়াইরেল্ চনুন মপল্ থোংক্ খোল্গি পাউথুমখিয়ে। হে য়োয়ময়ায় লাইরেল্, তাওল্ব থাগি নহা সাফবরো সানৌ য়ীচিন্ য়ীনাওগি তেংপাক্ লাল্লু মসিঙ্ থঙ্ন কোম্ন পাউতাক্চগে নঙসু নঙগি লাংগোই নখু-নেংপু লাংগোই সগোন খোঙ্গুন্ থীন পাওতাক্পিরো হায়ন পাউমেল্লবদ নিংথৌ থাগি নহা সাফবন পায়ম রুনগোই মুংদ নিঙ্থন্খিয়ে। মমোম্নু সানৌ মচী মনাও অনিম অসিবু লৌসিং

মপুঙ, কান পাউথুম্লক্‌য়ে হায়ন কোরও নোংতোল থক্কি লাংগোই থুকপ, মানপল্ হউন সাজই খোম্‌রোন যথ্‌ন মাল লং চয়রোইনন মাল্লেন লয়তারক্‌পবু খাল্লে যুপুঙ থক্ক নিংখো মবু থিবন য়াঁল্লুন্ সোঙ্‌তোঙ্ নুংগ সাল্‌খুম্লিববু চেংলও মিংথিংলরদন মিংয়েং সানৈথ তারবনি মিংযেং তেন্‌বালসবগি লাংগোই খোঙ্‌ন নেংন লংমাই লাউখন্ লুং লভবী সেল্‌ত্তোই লুং চাহাজ লউরেম্ব খাল্লে যুপুঙ্ থক্ক নোংমংগিরে।

থরাই বাং পাল্দি লাইবক্‌, মাল্লং পান্দ অনৌব অমরক্ক চৈরক্‌যে। নিংথা মবু থিবগি সমু মহাক্ সাদি সমু নমুদ সংগান খোঙ্‌হন পুন তুরেল্ রায়থু বীচা খংপী অনি লোঙ্-বীচা চেকপ্ আন থ্রুব থুংলাই অনি লোল্‌ব লযনুংব যোঙস্রুব মোব তুরেল্ যাহপপ লখরায় য়াতাব য়াওরঙ সানিগিদি সা মরক্ লেম্‌লই ঙানিগিদি ঙা মরক্ য়াওরঙ মমাল্ সা পাখং থাঙকোক্ মতাং সাংবন তানহুম্ তানব ঙাবু রোইনদি নিংথৌ মবু থিবন তুরেল্ লযরাই কাউকাব রায়থু থুংলোঙবী চাবু রোহন লাংরোন্‌খিয়ে।

# খোঙ্‌জোম্ নুবী।

য়োইকুম্ লোল্ নু বাল্ মতা ককুমন, নুবাল্ অরাংব লুরাং সরেম্ব চম্ভ তরুকুমন চাউকু অংাম্বদ হায়জ অরোই থিন নোইম্ব রল্ খান্‌ন তরেং সেলম্ব পুন লেম্‌লই ঙাতিকে হায়ন মরাল্

খৌচংলক্‌য়ে। কোল্লোই মমিং থোংদি খোয়নঙ মতা অমদি
খোম্‌খোক্ ম’রিব চন্নুনে। লোয়ন মত্তা অমদি তোংজেং মুরাবী
কৌরে। চান্‌ন মতা অমদি য়ীঙ্গেল্ মুরাবী কৌবনে। চান্‌ন
মতা অমদি ঙান্নরোল লৈটসিয়াম্ চন্নুরো কে’রে। খোয়নঙ মতা
অমদি নুরাং পুতাং তোই খুৎপোইব চন্নু লয়ম য়াংদৌ অতাওবীরো
তৌন কৌরে। খোয়নঙ মতা অমন লুরাং পুন্‌সিব চন্নু’নে।
হাউকু অতাম্ সোয়সেল্‌ব অতাম্ সোয়রঙব হাউকু পাখং
তরুক্‌মন লম্‌লেল্ হাউকু সোয়দ লুফুই নমথুম্ব সোয়রেল্ খম-
ঙ্গদ খোয়নঙ মত্তা তরুক্‌মগ লমরোক্‌নরে। হাউকু পাখং তরুক্‌মন
পাউহং ঙম্মে। য়োয়বু নাই নুংবাল্ পাচা চন্নুরো নতা তরুক্‌মবু
কোরঙ নুমিং মদি অসি কোরঙদি লেম্‌লই ঙাচঙ্‌ তাম্‌লে,
রানচেং য়ীম্‌চঙ্‌ রাংলে। অসি কোরঙ নুমিং মদি খোয়নঙ
নতা তরুক্‌মবু কৌব য়ায়রেক্‌লম্‌রো য়ীঙ্গংমতবু লৈরম্‌মো হায়ন
পাঙথেম্‌ববু য়োয়রুম্‌লোন্ নুংবাল্‌ব চন্নু মতা তরুক্‌মন পাউ-
খুম্‌খিয়ে। য়ীবুং হাউকু পাখংরো হাউকু অতাম্ সোয়রঙব
তরুক্‌মরো য়ীখোয়দি কৌব য়ায়রেক্ লোইয়ে। য়ীঙ্গং য়াতাব
ঙম্‌জরোইয়ে। য়ীপল্ নুংবাল্ অঙন্‌ব য়ীহু লুরাং অরেম্বন রাত
থীঙ্গইনে। য়ীমোম্ নখোয়দি হাউকু সোয়সেল্‌বু অতাম সোয়·
রঙব তরুক্‌মগ নুরা খুদই মাইতইন চোম্‌লাং কাউবী লল্‌হো·
সোইখোড়্ ঙাইথেংন মুরা কুম্‌জিং পরই থোক্ সাঙ্‌লেল্ সেংথ·
লৈরাং থায়থনরবগি মন্নুং থোঙথা পরইনরিঙইনে হায়নদি য়ীন·
খুৎতুম্ লাল্‌লোই থা সম্‌লাং তোন্‌গ চিংন রারোইঙ্গ মপ·

কল্হৌ নিক্পবু সোংকিবগি লেম্লই ঙাচঙ্ তাম্ রান্চেং য়ীম্গঙ্ তাম্ববু রাংলবম্বুঙ্ য়ীরান্ ম্লাঙ্ন হল্রাইখিগে হায়ন পাউথুম্খিয়ে। হাউকু তরুক্মন হে মুংবাল্ চম্লুরাগো চেংলও সক্কোই হেন্বী পুম্ণুং লিল্ন ঙান্বী নখোয়বু নাওরা খুৎসা অত্তেংবী ম্লুরা চেংগোয় মিংচুবী নখোয় য়ীখোয় রুফুইমনসে রাংবল্ চিল্মনসে। য়ীসঙ্ ক্লৈন সা ঙাংসঙ্ ক্লৈন সেম্ল সং কয়িং কয়াং সং অসিদ ম্লুংসি মথৈ ফংন রাহায় মতোল্ লোম্ন কোরও নোংসোন্ন মাল্লেম্ লয়সোন্মনসে হায়ন অনৌব ম্লুংসি পুক্নিঙ চঙ্ন পাউথেম্লবু হোয়য়ারবগি সমু থুঙম্ খিন কোব য়ায়রেক্লে চৌঙ্ঙুং নোংপ ফাইরে। য়োয়বুনাই মুংবাল্ অঙনব চম্ল তরুক্মরো নপল্ পন্থৌ নিংথৌ পলেম্ নমা পোক্মবী ননম্ থুংতুম্ লাল্লোই থা সমলাং তোনগ চিংলবদি নমাল মচা হাউকু পাশব তরুক্মগ চৌঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেল্ অরাং পাখং বোয়রেলবগি সনা মথোঙ্ থাদ কোরও নোংগামনসে। কোরও ম্লুমিং মঙানি স্নুরবগ লম্লেল্ মদাইম মুংবাল্ হোঙ্নেম্ লুবাং নিংথৌ পুল্সিবন লীরা তেনদোং মথুং ম্লুবু লাইজ য়ীগ হাল্ন পামেল্ উকারক্ত য়াল্নদি রারোইব দম্ মথম্ লাইজ য়ীপুঙ্ সোক্ মুংবাল্ তেলদোং য়াল্দ পোইরই লম্য়েংমনসে। নমাল্ মচা তরুক্ম য়ীথোয়ম্লুং তেক্পী রোক্পু পূরক্কে হায়ন কোরও ন্নুমিংপু সাঁঙ্থানরম্লে।

যোয়রুম্লোন্ খোয়নৌ মুংবাল্ চম্নু মতা তরুক্মম্লুং মরাল্ রোল্তেরক্পবু মপল্গি মরাল্ য়ায়দ রাইথুংলরবগি মপল্ পূম্ব হউ মহু পাক্ন তাইন রাতা থীঙম্ল। হে য়ীমোম্ নখোয়দি

পল্থো রারক্ খোল্বু তেক্থোক্পী পানম্ হেক্মায় কাবী রাগাই চৎনদবী থোদিং ফত্তবীনি হায়ন রারোইঙম্মে। মযোম্সিংবু সম্লাং তোন্গ চিং মনম্ থুংতুম্ লাল্লোই থান পাউহ খিয়ে। থুংতুম্ মীতাক্ ঙস্ব রাগি মযোম্ মুংবাল্ চনু তরুক্মন হাউকু ঙাঙ্মনবগিবু লইকাই মপাল সিংবু তাঙ্জ য়ীকাইরবগিদমক্পু কোরও মুনিং মঙানিবু সুদরিবগি ঙাইরম্মে। মমাল্ মচা হাউকু পাথংব তরুক্মদি লাইজ মথি নাইরবগি কোরও সাঁঙ্থানববু সোয়নরে। খোয়নৌ মতা তরুক্মন মমাল্ মচা হাউকু পাথংব তরুক্মবু লম্রোক্নগে হায়ন অরাং লাইন পাংবরমদ য়িন্তান-খিববু লম্লেল্ মদাইম মুংবাল্ তেন্দোংয়ান্বু য়োংক্লবদ খোয়নৌ মতা তরুক্মন চাঙ্গোংই পাউমেন্নয়ে। হে খোয়নৌ য়ীতাসারো পন্থো নপা যীপাসুঙ্, পল্লেম্ য়ীমা নমাসুঙ্ থাইনরক্লে নমাল্ য়ীমাল্ মচাসুঙ্ লাক্তরে। য়ীথোয়দি মুংবাল্ য়ীপল্ লম্বু লুরাং য়ীচু লম্বু য়েংলম্সে হায়ন য়েংলম্মে। অতুনোংগি লম্য়েং চাঙ্রো তোন কোরে। পোইরই তাব থিবন, রাংঙম্ হয়মল্ তাল্বন মুংবাল্ য়ীচ্ঙেল্ চাঙ্রো কোরে।

খোয়নৌ মতা লয়ম য়াংদৌ অতাওবীদি য়ারা মসিঙ্ সু লোইদাম্ থাবু ফারবগি চক্মোম্ তেম্থাঙ্ লোল্লবগি দমক্পু খোয়নৌ মতা তরুক্মগি হয়না মতুং য়িন্চম্দরে। লয়ম য়াংদৌ অতাওবীন হে খোয়নৌ য়ীতা মঙামরো নখোয়গি হয়না নতুং য়ীল্ঙম্দরে নখোয়দি হান্ন কোরও নোংকা ঙম্রো। নতা অয়দি কোন্ন কারক্লগে। য়ীপারী করি রোইববু সাংলকবনো

য়ীমোম্ করম্বরু ফুইরক্কবনো। পাৰী নাওপেংগে য়ীমোম্ নাও-নৌগে ভোঙুম্লক্লে। য়ীত নখোয়গি হয়না নতুং মীন্ঙম্লরোইয়ে। কোন্ন মার নখোয়গি নখোঙ্ খুল্বু থিন য়িল্তাল্লক্কে হায়ন পাঙমেল্জখিয়ে। খোয়নো মতা মঙামদি মতাগি য়াউরা মখোন্জেল্ মুংসিবৰু নাতারম্মে ৫য়ম য়াংদো অতাওবাদি মপারী ঙাইবঙ্ নমু পোংরোইবৰু সাংলক্কবর। হায়বৰু সাংলক্কে পোম্বী খোন্নৌব চেক্লা ওঙ্খোক্প হারি খোল্দৈবৰু রোইনদি সাংলক্লে।

## হাউসি নামোইন্নু।

লম্লেল্ চেংলয় ৱাংগোল্লেল্ তম্পাক্ লয়নামুং চৌঙঙ্ লাঙাঙ্ পাল্কোই লউ তুবু লউকুম্বী লউকুম্ লম্ সাঙ্জা লউ-তাবী লউতা ৱায় য়ৌরেং থাঙ্হুংবা খম্লাং তাংসি ৱাবু নাতৈনন পান্ব সাজেল্ লউ কৈরেল, নাথেং লউ কৈবী মৃংসোল্ লউবু ঙম্লোন্নন চেংলয় পামং খোংদ চৌঙখোঙ্ য়াকৈ চেক্পু লৈয়ে।

হাউসি নামোইন্নু ঙ্গরাবাদি মপল পল্লেম্ মম্বা পোক্মাবীবু লীঙ্লেল্ নৌন সেংনর লৈরাং নৌন খাইনরবগি পল্লেম মম্বা পোক্কবী নাউনম্বী লউসিয়াম চম্বু পায়্ম লিংজেল্ ফত্তবী তাওজিঙ্ হয়ঙুম্ সীল্লবী ঙাইরোং সিংগুম্ সারবী য়াংলয় তাওব কক্তাও হুয়গুম্দি লিংজেল্ সোক্চংনবীন নাওয়োক্খিয়ে। মেংম্হু হয়রাঙ্ নেম্ নেম্ কাঙুম্ মতম্ লকলৌবৰু অঙাং লা চেং মখোং মকারক্ক-বগি নোম্হু চোম্লাং মাইকোই হেন্নন অঙাং সম্লাং খদাঙ্

লৈপুল্ চুম্ চুম্ সা মুরা থম্‌চেৎ মাইকোই হেন্ হক্‌চাং মপুঙ্‌ ফাথৎলকুলবগি মুরা পুলুখিন্ থোংবু হয়রাঙ্ তোঙ্‌সঙ্ মাইন তাওজিং হয়কল্ তোইরকুলববু অচাউ লেপ্‌ফা তম্‌লকুল সাংস্নুং পল্‌তাল্‌লকুলবগি মনিং লেপ্‌পু লেপ্‌ফারক্ মনুং সাংলই লেপ্‌পু লেপ্‌ফং লকুলবদ খোয়নৌ মতারোই য়াম্‌চেং লোইগ ঙাইরোইনন মতা লেংতিন্নন চিনগোই পাওমেন্নখিয়ে। হে য়ীস্তাসা য়ীখোয়বু চইরই কি সিঙ্‌নসে। য়ীপল্ মরুম্ পালবু পাংঙই, য়ীহু মসাই কোন্দদি য়াংগোইরিঙই অসিদ য়ীতা য়ীখোয়বু লোইদাম্ মনুং রোই, লাংহৈ কুম্বী ময়ায় কারকপগি সীঙ্‌লেল্ লৈপাল থাবু রোইরকপদ থোইনৌ য়ীতা রোইনাইবু য়াম্‌চেং লেংতিন্নন্ য়ীপল্ মাংগোল্ লাদ মাংগোল্ খেন্‌চং নুংদদি থুংপাক্ তাবুং ফুনদি সান্নন স্তোইদৌ হওসে। সেল্‌লোই লংমাই কাং, য়ীরোক পাকল্ লী, চীঙ্‌সাং কাংলী নাই তম্‌ফা রাংঙম্‌লোল্ পান্‌থোইবী খোল্‌পোইকাং, ফেল্‌তিল্ সেলচা কাংবু কাংলেল্ থুস্তু মুন মোম্মু থুরাংবু পোল্‌চাইন মুজা থূয়ায় মরাই লোংন লম্‌থা কাংকাপ্‌ন চেক্‌কৈ কাংহুন্‌সে হায়ন পাওমেন্নখিয়ে। হাউসি নামোইন্নু মুরাবীদি পল্‌লেম্ মমা পোক্তবীনিগিনিন থোচেৎ থোথায় য়াম্‌শিয়ে। পল্‌লেম্ মমা পোক্তবী ঙান্নরোল্ লউসিয়াম চন্নু তাওজিঙ্ হয়গুম্ সীন্‌বী ঙাইরোং সিঙ্‌গুম্ সাবীন মমোম্ হাউসি নামোইন্নু মুরাবীবু মপল্ লউরায় অতামবদগি চংবী পাল্‌ফোয়ক লোইমোম্ ফউকং লাংন কইরা থোংথোক্‌লুরো হায়ন রাহম্‌লবদ হাউসি নামোইন্নু মুরাবীন খোয়নৌ মতা লেংন তিন্‌বীসিংদ পাউমেন্নখিয়ে। হে

খোয়নৌ য়ীতারোইসিংরো অয়বুদি পল্লেম্ য়ীমান চংবী পাল্‌-ফোইরু কইরা থোংথোক্‌লুরো, চেঙ্‌পোং লুথোং পুন য়ীপল্ লউ-রায় অতাম্বদগি লোইমোম্ ফউকং লাংলুরো হায়রে। অয়দি হোরেল্ নুমিদাংরাইগি নোইনু মমই রায়ন সান্ন তোইদওদি ফং-লগে হায়নদি রাহম্‌লবদ খোয়নৌ মতারোই য়াম্চেং মফেংলোই-সিংন পাউমেলখিয়ে। মে য়ীতা হাউসি নামোইনুরো পল্লেম্ য়ীমা য়ীতোল্ ঙাইবীদ য়ীতা য়ীখোয়বু ঙাইরোইন চিন্‌গোই পাওমেল্লুখিসে হায়ন রাতানখিবনু হাউসি নামোইনু নুরাবীনা পাউখুম্খিয়ে। অয়গি পল্লেম্ য়ীমাতুবু তাওজিঙ্ হয়গুম্ সিল্‌য়ে। ঙাইরোং সিঙ্গুম্ সারবীনে। য়াংলই তাওব কক্চাও হুইগুম লিংচেল্ সোক্চঙ্‌নৈয়ে। হোরেল্ সমলাং তোন্‌তা চিংন য়ীনম্ খুংতুম্ লাল্লোই খাঙম্ ঙয়নে হায়ন হোয়য়াদবু খোয়নৌ মতা লেংন তিন্‌বীসিংন হাউসি নামোইনু নুরাবীবু সমু খুজেং পাল্লোইনন মরাল্ মাগি মোংব য়ীম্‌বু য়ীন্‌তান্খিয়ে। হে পল্লেম্, য়ীমা য়ীন্দোল্ ঙাইবীরো য়ীনু য়ীমাল্ ঙাইবীয়ে য়ীখোয়বু অসি কোরও নুমিংমদি সান্ন তোইদোন রাসা লল্‌সিঙ্নসি হায়নরে। হয়েং কোরও নুমিং মদা য়ীতা অযখোয় ঙাইরোইনম লোইমোম্ ফউকং লংলুগে হায়ন পাওমেল্‌লুববু মপল্ পল্লেম মমা লউসিয়াম্ চন্নন য়াখং অখা খোক্ন পাওমেল্লকয়ে। য়ীমোম্ হাউসি নামোইনু নঙ্দি পল্লেম্ নমা অয়গি থৌথা খোল্‌বু খোয়নৌ মতা লেংন তিন্‌বীসিংদ করিগি চিন্‌গোই পাউতম্‌লুবনো হায়ন মমোম্ হাউসি নামোইনু নুরাবীবু নম্‌লাং তোন্‌গা চিং মনম্ খুংতুম্ লাল্লোই

থান মতা লেংন তিনবী লক্তগি সয়েঙ্ পাম্বু লাক্ন চিংথোক্-লবগ থূংপাক্ নম্‌য়য়ন সাঙ্‌নাং নেম্বী থুপ্‌তেক্ পায়ন চয়থীর-বগি হাউসি নামোইনুদি থোয়নৌ মতা লেংন তিনবীবু তাঙ্‌জ য়ীকাইরবগি মোম্নু থোঙ্‌লক্ লয়গ নোইন তাঙ্‌জ মরু লুক্ন হুইয়ায সেল্‌কোইরবগি মাল্লেম্ লয়থয় য়েংন থোঙ্‌বী লয়থয় নোই লয়য়ী কারল্ লাক্নদি মীকপ্‌খিয়ে। পল্‌লেম্ মমান হাউসি নামোইমু নঙ্‌বু থুন য়াঙ্‌ন চংবী পালফোইরু কইরা থোংথোক্‌লু জোইমোম্ ফউকং লাংলুরো হায়ন পাওমেল্‌লবগি হাউসি নামোইগু মুরাবীদি মপল্ লউরায় অতাম্ববু য়ীতানখিরে।

লম্‌লেল্ মদাইদ তাক্‌লেল্ নোংখিল্ রায় রাংথোল্‌বী সাগৎ লম্ হুইত্রোউবীবু নাতৈনন পাংচাউ লয়মকোল্ থোঙ্‌লেল্ অমু পাং য়াংলউ মেল্‌সেং পলুবু ঙম্‌লোল্ নাতৈনন মকোই নোংলোন্ পাই হাইবী তেরা থাঙ্‌তুপ্ পোক্, লমলেল্ হাউবসি লাংজিঙ ফেল্‌লাং চীঙ্‌বু নাতৈনখিরে। মপল্‌গি লউরায় অতাম্ব হাউরা লান্‌সোল্‌বীদ রাইথুংলুরে। মপল্‌গি থাঙ্‌য়ি চংদিং কইভাকপগি মরাললোল্ য়ীম্‌য়ায়দ রাইথুংলুরে হায়দবরা। জুমিদাং তাংলও লইন থেঙ্‌লবগি অমম্ তোপ্‌প নারল্ সিক্ষা নিক্ন লোরাই হামুল্ চারা লেপ্‌তম্ নৈবন মুন্নুক্ মুন্নুক্ থোইমোম্ লাইবু মাল্-লক্‌লবগি মসল্ লাবন কোন্‌থিরাইদম্বু ফংসিল্‌লক্ মনু হাম্-পোইবন লাক্প তম্ মীনাই লাবন য়ীম্‌চংলাইতম্ ফংলক্‌লবদ, থোইঙাল্ লাবন মথোঙ্ থীঙ্‌ব কুম্বু ফংজিল্‌লক্লবগি হাউসি

নাশোইন্নু শুরাবীন পাউমেলখিয়ে। য়ৌয়ু মাল্লই চীঙ্ রোল্লবরো খোঙ্লেল্ নাতৈ কাঙ্ন চার নখোঙ্ হাংরো হায়ববু ময়ু চাঙ্রোল্লবন পাউথূমলক্‌য়ে। কনানো খুনিতোং তাংলঙ লইন থেঙ্লক্‌লবদ পোঙলেল্ নাতৈ কাঙ্রো চার খোঙ্হাংরো হায়ব নঙ্বু কনানো পাউহংলবু হাউসি নামোইন্নু শুরাবীদি ময়ু কোল্‌-লোই মপাউদু কেল্লোই পাউথুমববু ঙমদখিয়ে। পোল্বী খল্লং খিংনদি নীকল্ হীক্তায়নন শুসি মতৌ করম্ববু লৈতন পাউথুম্‌খিয়ে। নগোম্ হাউস নামোইন্নুনে হায়রবদ ময়ু মাল্লই চীঙ্রোল্লবন খোঙ্লেল্ নাতৈ কাঙ্ চার খোঙ্বু হাংলবগ মনোংয়াই হাউসি নামোইন্নু শুরাবীবু খুজেং হংজি লাক্ সমু লাম্লোইনন পুসিনখিরে। ময়ু মখোং কাঙ্বু কম্ কম্ হল্লবদ ময়ু মাল্লই চীংরোল্লবন অনৌব রাবু পাউহংখিয়ে হে য়ৌনোংয়ায় নঙ্বু নপল্ কউরায় অতাম্ববু বরিগি য়ৌন্তালকপনো হায়রবদ হাউসি নামোইন্নু শুরাবীন পাউথুম্‌খিয়ে। য়ৌয়ু মাল্লই চীঙ্-রোল্লবরো মনোংয়ায় অয়বুদি পল্লেম্‌ন পোকৃতবীনিন থৌচেং খোগাই য়াম্নপি চংবী পালকোইক কইরং শোংখোকলু লোইমোম্ কউকং লাংলূরো হায়বগিদমক্‌পু য়ীপল্ লউয়ায় অতাম্ব অসিবু য়ীনতাল্লকপনে হায়ন পাউথুমলবদ মনোংয়ায় হাউস নামোইন্নু শুরাবীবু সম্লাং তোন্গ মানন থঙই লেংলোই চুপন য়াঙ্লেল্ লইগ সিংন মীকপখিয়ে য়ৌনোংয়ায় হাউস নামোইন্নু শুরাবী নঙ্বু পললেম্ নমা পোকৃমাবীন লইকাই থাম্বী মইরোদন তুরেল্ লাইজ য়াথাম্ পল্বু য়ৌরান্দবীনে। নপল্ পল্লেম্ নমা অপোকৃপী

লৈঙৈদি মোমৃঙ্গ চাগে ননিঙ্ তম্ নুরা হিপকে নথা তম্ মুজা চংকে নরা চাবু রোইন পালম্ববু করম্ন থৌচেং থোকাই য়ামলবনো ৱোন্থোক্‌য়ে হায়নদি ঙংরোন্থিয়ে। হাউসি নানোইঙ্গুন পাউ-মেল্লকয়ে। য়ৌয়ু মাললই চৌঙ্‌রোল্লব্রো নমোম্ অয়গি লোইমোম্ ফউকং লাংনববু নুরা লুথোং পোংপূ থুন সেম্বীব্রো য়ৌরাল্ য়াঙ্ম হল্‌রায়খিগে হায়দবর। ময়ু হন্ম ময়ায় কারবন মোম্ঙ্গ চেঙ্পোং লুথোং পোংপু সেম্বীখিয়ে। য়ৌনোংয়ায়রো নঙ্বো মুমিদাং তাঙ্লৌ লইন থেঙসিল্লক্লে য়াংলও লমদাং সাংবু করম্‌ন হল্‌রায়খিগবনো হয়েং কৌব নোংজা সোয়রবগ অয়ুক্ চৌঙ্থৈ লইন চইরোইনন হল্‌রাইখিরো। য়ৌয়ু মাল্লই চাঙ্-য়োল্লবরো খোয়নৌ য়ৌতারোই য়াম্চেং য়ৌফেংলোয় সিংন লম্থা কাংকাপ্ন চেক্‌ফৈ কাংহল্লৌয়ে। সানন তোই তৌনবগি নোইঙ্গু মমই রায়ন সান্নববু তান্ফংলূগে হায়ন হোয়য়াদরবগি হুরা চেংপোং লুথোং পোংপু পুন য়াংলও লমদাং য়িল্থং-লক্লে। মরাল রোন্দেরক্ থীঙলও হল রাইরকপবু মরাল্ মোংব য়ৌম্লেল ঙুংবু রাইথংলবদ হুরা চেঙ্পোং লুথোং পোংপু থারম্ থাদরিংইবু মপল্ মথোঙ থাঙবু ফম্লম্ ফম্দরিঙঈদ পল্লেম্ মমা চফু তিল্লাং সোবী য়ৌরাল্ খোয়দউ রোংপী তারা চাক্‌থোংলিবী সংলউ য়েন্গ নম্ফুংলিবী থাবই হুইরাং সোল্লিবী পল্লেম্ মমা পোক্তবীন থৌচেং থোকাই য়াম্হন্থিয়ে। য়ৌমোম্ নুংবাল্ লোল্ হাউসি নামোইঙ্গ লৌথৌবীরো নঙবু নুকুমু লয়তম্ ফেন্ন লোইমোম্ কুরোল্ হুন চেঙ্জা মায়ঙৌ

তাল্লো। লাই সরা থইথিং থইত্তা লা থাইজেং থাইপুক্ লা হয়ত্তাও মুংথা লা উমু তাংমা লা কন্নম্ ফক্সা লাদ মোম্নু চেঙ্জা মায়ঙৌ তান্নব রাইক্ক তোন্থপ লও চেঙ্জা মাঙ্য়িন্নন লোইমোম্ থাদ চিংন থুংনিংথৌ তোম্পোক্পীন ফউমান্ মচঙ্খন্নব চেঙজা মায়ঙৌ তাল্লুরো হায়ন থোথাডম্খিয়ে। মমোম্ হাউসি নামোইন্নু নুরাবীন পুক্নিঙ্ নুংাস থোইন রাকন্খিয়ে। পল্লেম্ য়ীমা ভান্নুরোল্ লউসিয়াম্ চন্নুরো নমোম্ অয়বু নুরা চেঙ্পোং লুথোং পোংপু থারম্ থাদরিয়ে। য়ীপল্ নঙ্গি নখোঙ্খাঙবু ফম্লম্ ফম্দরিয়ে। লরাই চাইজি য়ী লোক্লৌ নম্থুম্ য়া সারা পোল্থল্ য়ী নুরা কানক্ খোয়দোম্ য়ী সম্খোঙ্চারল্ য়ী হুমাং সেল্কোই য়ীবু কংলম্ কংদারিউদ পল্লেম্ য়ীমারো করিগিরানো রোন্থোক্রিদ। করিগি হুক্মু লয়তম্ ফেল্নব লোইমোম্ কুরোল্ হুরো হায়বনো হাযন পাউথুম্ববু পল্লেম্ মমা ভান্নুরোল্ লউসিয়াম্ চন্নুনদি য়াইবী মনুং হউন তিল্লাং মখোয় সাওন য়াথং অথা থোক্নদি রতা পীখিয়ে। য়ীমোম্ নঙ্দি কারিগি নপল্ অয়গি থোথা খোল্বু হোয়রাদবনো হায়নদি য়ীরাল্ খোয়দও রোং লেম্লৈ ভারোং চয় নোইঙ্থুম্তং চয় তেংনৌ য়োংকি থাবই চিনাইব সমু খুত্ত হুবন মোম্নুগি লরাই কোয়রেল্ থক্ক তাঙ্জ লুরেল্ তোন্দ চয়বিরবগি য়ীমু পাক্কুন য়ীভাঙ্ পাম্ফেন্নরে: মমোম্ হাউসি নামোইন্নু নুরাবীদি তাঙ্জ লুতোল্ ফেঙ্ন অমু পল্লেম পীসোল্লে পন্থৌ পাসোন্নব হেদও ম্নাহে তন মীকপ্খিয়ে। পল্লেম্

য়ীমা ভাগ্নরোল্ লউসিযাম্ চন্নরো পায়ম লিংজেল্বু তাওজিং হয়গুম্ সীল্লবী ভাইরোং সিংগুম্ সাবীরো নমোম্ অয়দি তাইবঙ্ নোংসা পাল্দ নমু পোংবু রোইন পল্ঙম্লরোইয়ে। থাঙ্ভা য়ীরইকোক্ লইকাই লইরক য়ীপল্ সাংগি খোয়নৌ য়ীমাল্-নবীসিং সম্কক্ লোল্গিবু চউমনবী য়াচু লোল্গিবু কামনবী খোয়নৌ য়ীতা রোইনাই সিংগি মমাংদবু তাঙজ য়িকাইয়ে হুইয়ায় সেল্কোই নিকৃয়ে হায়ন মপল্বু তেংথানন মীকপ্খিয়ে। পল্লেম্ মমা অপোক্পীবু কোরও নোংগা য়াংপ্রবীবু তেথানন কোরও নোংবু য়েং মাল্লেম্ লয়বু হোংনদি পাকপ্খিযে হায়দবরা।

চাউসি নামোইগু লৌথিবীদ মপল্গ মথোঙজিল্বু পায়নদি তেংথাখিয়ে। লাংলেল্ কোচ্য়াচ্ কংথায় সুন য়িম্-চিন্ চগো নারেং থক্ পাক্ত য়িতাই থক্ত হুইচারিক্ মীকপন হুইনিংনাংগি তেংথানন মীকপ্খিয়ে। কোরও লয়বু হুপ্নবু মাল্লং মরাঙ্ হওব খম্গোল্ মথি নাইববু লশরোক্নরবগি মোম্গু সঙ্দিং মফনেক্ন নিংনাং তুরিংখিয়ে। নুজা চইরই মনম্ থাংন পাইথুরা তাজাবীম নিংনাং তুসাখিয়ে হায়দবরা। নুংবাল্লোল্ চাউসি নামোইগু লৌথিবীন হুইচারিক্ হুইনিংনাং নিংনাং সিরেলবী চাবু রোইন সাল্রোন্খিয়ে।

## অগ্নাইরোংবম চনু মহুইচা।

লোইবী চীঙ্, কাক্লেল্, মমা পোংনু লয়ম চান পোক্পী, মপা কাক্লেল্ সোংচীক্ নিংথোন য়েন্ফবী, নোংয়ায় থীঙ্বাইজম লয়ম নিংথো থুংমু চনু লয়ম থুংচু কোইবী নুসিল্ চেক্, লোক্লো

যালেল্ লোক্পম্ চম্নু মহুইথো, অরাইরোংবম চম্নু মহুইচান সালরোল্ চেক্, কোরও নোংলোল্ থক্ক থোংলবদি য়াংলই তাওব হুইথোং খোল্গুম্ববু সংসঙ্, থোক্ন মান্ন চাক্তাব চেক্, কোরও সান রায়, লোইবী চীঙ্ কাক্লেল্, কাক্লেল্ সাগ মু চেক্ল মথোঙ্ তাদি থরাল্ লোঙ্জুম্ মান্ব, পোম্বী মথা তাদি তুন্নুং লংহুম মান্ব, চেক্লা মমই তাদি তেংনৌ তোন্থাঙ্ মান্ব, কাক্লেল্ মকোক্ তাদি তাঙ্জ লিল্লু মান্ব, পোম্বী মচিন্ তাহি তেংনৌ থোরয় য়োংকোন্ মান্ব, চেক্লা মনিং তাদি তম্ফা মিংকোই খিন্ব চেক্, কংলই মীস্থমাঙ্গি থুম্নাও চঙ্ন রায়, য়েননাও পুম্ন চেন্নদি থাঙ্জি মীতম্ সেংন সারেল্ হিংসোঙ্ সায়, মরাং হিংফোইনন চাক্তাব চেক্পু. লোইবী চীঙ্ কাক্লেল্ কাক্লেল্ সাগ মুব কোরও নোংসা রায়ন কৌব চীঙ্গুং সোয়রক্প লোয়য়া তম্লেল্ ঙাল্লক্পদ লোইবী চীঙ্ কাক্লেল্ন থোয়মোম্ লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ অহনবগি সনা মথোঙ্ থাচ য়াকৈব চেক্পূ অরাইরোংবম চম্নু মহুইচান লোইবী চীঙ্ ককলেল কাক্লেল্ সাগ মুবৰু রোইন লাংরোন্খিয়ে ॥

# কুরাও তাওবী ।

পোংনু মচন্ কুরাও তাওবী সাল্রোন্ চেক্, থৌবাল্ রূপোঙ্ পোঙ্লাংমইরো কৌবদি কদোনোংগিনো। মহুই ঙান্বরা, ঙান্ব সাংতোল্রা, সাংতোল্ লৈনৌরা, মহুই কৌনদবদি কৌন রা, মমাল্

নমূনদবদি নম্ন রা, ঙান্ব তেসা রা, তেসা লম্ঙ্ংসি, লম্লেল্ থরোই লোক্কি থোঙ্ চামী থক্ত রোঙ্ব রা, কোঙ্য়াঙ্ নোংবু লুম্ন পান্ব রা, মচেঙ্ সল্চা লীরোঙ্ রা লীরোঙ্ মাল্ মতোল্ কওজেঙ্ চঙ্দব কোঙ্য়াঙ্ রা, সেঙ্গম্নদ মতোল্ মালেম্ লয়চেঙ্ চয়, মমার হাউরই লাইনা পাংন রোঙ্ব রাগি লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ্ রাথোঙ্ থাদ মমাল্ন মহুই ঙান্ব চঙুবু সীঙ্লেল্ সেংথন লৈরাং থাইথন সুরা হিগোক্ কুম্বাল্ লৈবু কুম্জিং কোরি থোক্, মোমঙ্ থবাক্ চোইতালৈবু লৈরায়নথিয়ে। অতুংনোংগিবু মমাল্ কৌনদবদি কৌন রা, মহুই নমূনদবদি নম্ন রা, ঙান্ব তেসা রাবো তৌন কোরে। মহুই ঙানব চঙুন মমাল্ তাদ্জ য়ীকাইরা, মতু হুইয়াই সেলকোই রাগি তরা চাথংদ লাইজ চৌল্থূল্ য়ুংদন মীকপ থিয়ে। থাঙ ঙা য়ীরইকোক্ লইকাই য়ীপল্ সাংসিংগি, পল্লেম্ য়ীমা য়ীলদোল্ ঙাইবীসিং, য়ীমূ য়িমাল্ লোইবসিংগি, সাবী সানৌ লক্তদি তিলঙম্লরোইয়ে হায়ন মীকপ্ থুংসি চইরোয়নন পাউমেন্থিয়ে। অয়দি তাইবঙ্ নমু পোংবু রোই-ঙম্লরোইয়ে। পোন্বী রোন্থোক্প চেক্লা সোঙ তাব থৌবাল্ রূপোঙ্ পোঙ্লাংমইবু রোইনদি সাল্রোল্লপে হায়ন রারোইরবগি দমক্পু কোরও নোংবু য়েং, কোরও লয়বু হুপ্ন. মাল্লেম্ লয়বু থোন্ন, মাল্লং মথি নাই, থম্গোল্ মরাঙ্ হউরক্পবু থোয়ম্ মায়য়োক্নন ঙাইথান্লবদ মোমঙ্ চইরই মনম্থাংন চইরই ফিথাও সান মাল্লং চয়রোইনন পোন্বী নিঙ্ন কাঙ্ব, চেক্লা থান পোঙ্ব চেক্ থৌবাল্ রূপোঙ্ পোঙ্লা মইবু

রোইন সাল্রোন্খিয়ে। অচুনোংগি পোংনু মচন্ কুরাও তাওবী সাল্রোন্ চেক্রো তৌন কৌরে।

লম্লেল্ কেন্চি কোপ্ য়ীকোপ্ লইশল্ সোয়দ লাইজ য়ীনৌ কারকুপগি হুপ্নৌন খাংতপ্ রায়রবদ চেক্লা লাইজ য়ীয়াই ভানন পোন্বী চাকথোক্প চেক্পু পোংনু মচন্ কুরাও তাওবীনদি থৌরাল্ রুপোঙ্ পোঙলাংমইবু রোইন লাংরোন্খিয়ে।

## হাউতম্ লাং।

লাইরেল্ মইদিংঙু খাগেম্বগি চীঙথোঙ্ য়াকৈ চেক্তি চীথোঙ্ হাউতম্ লাং চীঙহুং তম্না থোন্রোন্থোক্পন লাই-রেল্ মইদিংঙু সেন্বী খাগেম্বন হাউরই নোংপোক্লা পাংবরম্দ মরিং খুন্বী লোক্ত, খুন্বী ময়েঙ্ চীঙ্দ কৈথৌ য়ী, কৈথেল্ গুংনাঙ্ য়ীবু থংবরম্দ লাইরেল্ মইদিংঙুন লম্বু অচা চংন রারোঙ্নখিয়ে। য়ীদাইরেম্ লোইবী চেমবা তানদব সিংরো অয়ুম্ পোইরই মইতৈন, খুরাই নোংজেংবমন য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাউদলব মসাবী তাউহুইরেং অচন্ববু নাউরা থোইজ তেল্, কাসাল য়োংকাপ্ তেল্ন চয়বীরবগিদমক্পু তাউহুইরেং অচন্বদি মরিং খুন্বী লোক্ত লুতুরে হায়দবরা। অয়ীম্ খুরাই নোংজেংবম্ পিবা য়েক্ম হাউতংলাগি রাইর মতেল্ চাগ তাউহুইরে অচল্বগি তাঙজ লুরেল্ তোন্গ অনিমবু হলরাইবীরক্রো হায়ন লম্বু অচা চংনন পাওমেল্লুববু হলরাইবীরক্করবগি লাইরেল্ মই-দিংঙুদি রুন্বী কল্হও নিক্খিয়ে। নোংপোক্ তওরিং লইমচা

তাউহুইরেং অহনবগিদমক্‌পু লাইরেল্ মইদিংঙু অমন লইকাই পুজরুক্ লাংবল্ অরোন্ লুকুকুম্ববু ললসিংগে হায়নখিয়ে। তুবী মইন রোংনদি থোদোংখিয়ে। লাইরেল্ মইদিংঙুন লোইবী মচীঙলেল্ কাদম পন্থেংখিয়ে। তাবুঙ্ চীঙয়ায় খায়নদি কুরাও পলস্তাই সংনদি খোসাথখিয়ে। লাইরেল্ মইদিংঙু সেন্‌বী থাগেম্বন চাথা মচীঙসাং মরিং মচীঙলেন্‌দ লোইদাম্ থাবু সি, লাঙহই কুমবু রোন্‌ন, পামেল্ উরাই হক্‌নদি পন্থেং নোংদ লাইরেল্ মইদিংঙুন চীঙসুং নোংগ য়ারেক্‌প, কোব ফায়েং নোংগ ফাইরবদ, য়ীমুং নোংগ সোয়রক্‌লবদ, য়ীমুং সোরা তইন ভাল্ চীঙখৈ লইন হুন্, লৈমুরাবন মসোঙ্ চাউ, লয়হৌরাবন মাঙাল্ লারক্‌লবদ, চীঙয়ায় হাউতম্ লাং চীঙসুং তাম্‌না থোল-রোন্ থোক্‌পন য়ীমুং চীঙখোঙ্ য়াকৈরক্‌পবু লাইরেল্ মইদিংঙু সেন্‌বী থাগেম্বন য়ীদাইরেম্ সিংরো লোয়য়া তম্‌লোল্ ভাল্-লক্‌পদ চীঙখোঙ্ য়াকৈব অসিবু করি চেক্‌নো হায়ন পাউহংখিয়ে। মদাইরেম্ রায়রং লম্‌যাব য়েন্থরেম্ তেংমাই থীন্‌বন পাউথুম্‌খিয়ে। লাইরেল্ কোরও য়ীনোং থোরো, য়াউরও সামুঙ্ নত্তে। চেক্‌লা রোন্‌থোক্‌পন পামেল্ উথাঙ্ পায়নদি য়ীমুং য়াকৈব অসিদি চীঙয়ায় হাউতম্ লাং চীঙসুং তামন রোন্‌থোক্‌প চেক্‌লানে। মদাইরেম্ অয়াঙ্ হাউব চা মুংশিবগ মরুম্ তাম্‌না লাসংমু সাফবীগ সাইব য়ুয়ই, লেম্‌লই ভাথো তান্‌ঙইদ চঙবী লাসম্ ফোয়ন পুক্‌মুং লারাক্ সেংপদ চঙবী লাকোল্ মুংদদি তনন থোইমোম্ লাইরোইখিব চেক্ হাউবচা মুংশিবগ চীঙয়ায়

হাউতম্ লাংগ অনিমন লম্চীঙ্ অচিকৃপ রায়রং কোল্ অতাম্বদ কোব য়ীনুং সোয়রকৃলবগি মতোম্ পাথেল্ উখাঙ্ পায়নদি থাকিবনে। অয়াঙ্ হাউবচা মুংসিবগ মরুম্ লাসংমু সাফবীগ অনিমন চীঙ্য়ায় হাউতম্ লাং চীঙনুং তাম্না রোন্থোকপবু রোইন লাংরোন্থিয়ে।

# লয়ম কেম্তোংমু।

লয়নুং অহল্ব সাল্রোন্ চেক্, পোন্বী মঙাইরোয়, চেক্লা মহিসাং চেক্লা পুক্হু চেক্ রোন্থোক্পবু লয়ম কেম্তোংমু অহন্বী সাল্রোন্ চেক্রো কোবদি কদোংগিনো। সেন্বী মুকোক্ লয়মাবগি সেল্লোরেম্ কাবরঙ্, লয়পাক্চাব মমোম্ কেম্তোংমু অহন্বীবু হয়রাঙ্ মতম্লক্ তাউজিঙ মকারক্রবগি অচাউ লেপ্ফারক্ সাংলুঙ্, লেপ্তাল্লক্রবগি মনিং সংলই লেপ্পু লেপ্ফংলক্, মমুং সংলই লেপ্পু লেপফারক্রবগি হয়রাঙ্ তোম্সং নাই তাওজিঙ্ মলুঙ্ কনন চোম্লাং মকোই হেন্ অঙাঙ্ থদাঙ্ লৈপুল্ সা তুরা থম্চেং মমায় চোনন চইরই নিঙ্তম্ লক্কই মাল্লউ থোংতম লক্লবগি লুপা থাথউ মঙাল্ নাই সনা লৈরোইনন কাব্রং হয়না তোন্দা ফি নিঙ্থিবন ফুজা যেঙ্ লই সেগা কাঙ্ রোইদ লই লেংদোল্ হুইকুপ্ সী, মোমমু সমজী নউরাং থোংপু লোইবী কুরাকন তোংগুম্বী মুরই সংথাংনবন নিঙ্থু লেংপাক্ যয়ন লাংবল্ তওত্রিগুম্ মতোম্ তোম্সাংনবী, লরায় হুইক্রুগুম্ন মপোপ্ চাউ, তিংগোইগুম্

মনা লেক্, লাংবল্ কউথাগুম্ নাম্ম তোল্বী পুকন্নুং চংবী লায়োন্ খোক্কুম্ন নিঙ্থীবী লয়ম কেম্তোংন্নুবু পল্লেম্ মমা পোক্মবীন হে য়ীমোম্ পেম্ম নঙ্বু কনা কাঙ্জনব অঙাঙ্ সিল্লৈরোম্বন য়ারা সিলথোঙ্ করম্ন খঙ্দবনো। মোম্গ স্নুনা ল লা থিংহত নকি ত্তরামঙাবু য়ায়য়েন্য়ে। তোন্কি তবামঙাবু খল্যোনয়ে। হয়কোয় সীংঙ্রোন্ থোক্ হলত্নম্ নমি য়েক্প্ যেক্য়োন্যে হায়ন য়ারোইখিয়ে। মোমন্নু স্নুনা লংলোন্ চয, তেম্লা মখুং স্নুন মযোম্ কেম্তোংন্নু অহনবীগি লয়াই কোইবেল্ থক্ত চয-থীরবগিবু লয়ম কেম্তোংন্নু সাফবীদি য়ীমু ফিবাক্ সা যীঙাঙ্ পাক্তইনরবগি পিয়েম্ চাইজি মরাঙ্ হউ, হেকচায স্নুংচেং য়েং, স্নুংরোন্ থোযবু হোংনদি মীকপ্থিয়ে। হে পল্লেম য়ীমারো নচন নযোম্ অযবু মোমন্ন নখুং স্নু তেমলা লংঙোন চয়ন তাঙজ অযগি লুরেল তোনদ লয়াই কোইবেল্ থক্ত চয-থাবগি যীঙাঙ্ পাক্তকন যীমু পালফেলনরবগি সেল্বী যীরকোক্ কবো যীপল্সাং সিংগি থোয়নো যীতায়োয যাম্চেং য়ীফেং লোই সমকক্ লোন্গি চুনবী য়াচু লোনগি হুঙমনবী সিংবু তাঙ্জ য়িকাইয়ে হুইযায সেলকোই নিক্যে হায়ন তরা চাথংদ লাইজ য়ীযোংদন নোংথোইখিয়ে।

হে য়ীমা পল্লেম পোক্মবীরো নমোম্ অয়দি তাইবঙ্ মাল্লং পানদবু পাল্ঙম্লয়োয়য়ে। হুপ্তা থীক্লেল্ থাগ ফু সম্লাং ফাথনন সমু থোঙ্বু থিনন মাল্লেম লয়দ য়োন্ন মীকপ্থিযে। পোন্বী য়োন্থোক্প চেক্লা সোঙ্দাব তাম্না পুক্হু চেক্প্ য়োইন লয়ম কেম্তোংন সক্কবীন লাংয়োন্থিয়ে।

# সোঙ্গি, লউঙাক্পী ।

মরম্ লম্লেল্ মদাইম, সেন্বী লম্লেম্ লউ, কবো লম্-কাই লউ, রায়সী নম্তোংপাল্. থাকারা লয়পুঙ্ মাল্, রাইরি চীঙ জিন্ মাল্. তাক্লোং লম্মপাক্, কবুক্পা ফিথা লউ, কনম্ব পেংরোন্ খা, সেন্বী মিতাব লউ, কবো পোংয়েংব লউ, কাম্বরৈ লম্মুংসি, কবো খোইমোম্ লাইমই খা, চীঙ্খোঙ্ রাকৈব চেক্তি কৌব অঙাঙ্ঙা মপারী, হুইমু লয়মন য়েন্বী য়ুকোক্খোং য়ায়মব সেল্বী চাক্তাঙব, কবো য়িম্কাব কোথক্ খোংঙাং ঙৌব, খোংসোক্ সাব, চক্লয় নেন্থীব, তাংলৈ কোন্থীবন মরুপ্বী হাউনিঙ্সং পৌতোংমু সাফবীবু হোয়খিক্রবদ হয়রাঙ্ মচা য়াল্ তাওজিঙ্ মরু পাল্লবীবু লোইদাম্ থাসিঙ্ হুদন তাল্লোয় মরুপ্বী হাউনিঙ্সং পৌতোংমু সাফবীবু নমু নমদ হুন্ন থাগি মরাল- লল্রোন্খিববু লোইদাম্ থাবু রোন্ লাঙ্হৈ কুম্সিঙ্ য়াম্খিরবগি মোম্মু তাললোই মরুপ্বী হাউনিঙ্সং পৌতোংমু সাফবীন হয়রাঙ্ মচা য়ানববু লোইদাম্ থাবু হুরবগি মপারি র্কাক্ কোক্খোং তুপ্পবু সাংকবরা হায়বসুঙ্ সাংলক্তে। মমোম্ মমুং মামৌ সুসেংপী, সম্লাং পোপ্তেক্ লইবী সনা থাকউ পেংপীবু ফুয়রক্লে। মমোম্ নারা অথূবীবু নাউয়োক্পদ হাউনিঙ্সং পৌতোংমু সাফবীদি তরা অচ' রাং, চইরই অয়িন্ তাম্ন, মাল্লউ অসেং রাংলবগি মমোম্ সোঙ্গি লৌখিবীবু সমু নমদ পোন চইরই নাহোং সান লইকাই খুন্খোঙ চংন্

ভরা চাক্নিববু লোইদাম্ থাবুম্ য়াম্সিল্লক্লবগি মুঙ্গা কুচু ফোংহাওন, চাইক্লং মচি নাই চইরই অসেং তাম্ মাল্লউ থম্গোই হাঙ্ন, অরা মথৈ লৈতন মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীবু অহুম্ন নাওয়োক্পবু লোইদাম্ থাবু মসিঙ্ য়াম্ লাঙ্হৈ কুম্সিঙ্ য়াম্লবগি মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবী হয়রাঙ্ মতম লক্, চইরই সেংতম্লক্, মাল্লউ থোংতম্লক্লবীগি মচেম্ লেপ্লু লেপ্ফংদ মনিং সংলই লেপ্পু লেপ্ফাদরিবী সম্লাং কোই-ককনন থম্চেং মমাই হেনগুম্লীবী, তাঙ্জ মসম্ত্তোন্বু মুঙ্গা পুক্সি হুইথাপ্ লম্, হুরা থুরাঙ্ নীঙ্থু য়য়ন সরা রূপোঙ্মই থোঙ্কে তৌগুম্লিবী নাংরা চইরই মনম্থাং ফিদোল্ পেক্রক্ নানৌ ফিন মুজা য়েন্তু লই সাগ কাঙ্, রোয়দ লই লেংদোল্ হাইকুপ্ সিন্ন তাঙজিঙ্ হয়কল্লিবী, সীঙ্লেল্ থম্বাল্ লৈগুম্ন পোম্বোম্লিবী মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীদ পাউনেল্থিয়ে। পল্লেম্ নমা অয়বু থুন্থোঙ্ ভরা চাক্নিববু অরা হুইরাঙ সোল্লক্লে। হে য়িমোম্ পেম্মরো নঙ্বু সগাই পললাংথক্কে থাঙ্য়ি লীহয় সঙ্ পরিঙ্ লেপ্লউ তিং রূকাক্ মাইগোঙ য়ান্ন, থুরাই লাইথং তাল্লুরো, লোইনোম্ ফোথোঙ্ সঙ্লুরো হায়ন থৌসিখিরে।

পন্থৌ মপা কোথক্ থোংঙাং ঙৌব থোংসোক্ সাব থাগি মরাল্ ললরোল্লুববু থিঙ্লউ নিঙ্ন তেন রোনদেরক্পদ মমোম্ সোঙ্গি লউঙাক্পী সরা চেক্হোইবীবু চেংলও সক্পু থঙ্দবগিন, পুল্লুং লেপ্পাল থোংবু সাল্থঙ্দরবাগি ঙাইতে লউসঙ্লুংদ

চীন্গোই পাউরান্নরে। ফইরা তান্দ কারবদ সোঙ্গি লউঙাক্পীদি মোমূ নিংদোল্ থুক্ থুক্ চোং, মূক্তা খুজেং হংচি পায়, সম্লাং তোন্গ নাল, খজাই লেংলোয় চুং্ন পাংথেম্খিয়ে। সীঙ্লেল্ সেংথন লৈরাং খাইথনন মুরা চীগোক্ কুম্বাল্ লৈবু কুম্জিং কোরি থোক্ন অনৌব কাঙ্লোন লৈব লৈখাইনরবদ সগাই পলপাং থক্তগি কোথক্ থোংসোক্ সাবপি মবাল লোলযিম মুংদ রাইথুংলে হায়দবরা। মমোম্ সোঙ্গি লউঙাক্পীসুঙ্ মুমিদাং তাংলো লইন থেম্লক্লবগি মম্নাল্ মোংব য়ীমবু তালুন খাল্লয় লম্ভুকাবকপবু রাইথুংলবদ মমোম্ সোঙ্গি লউথিবীন পাউহংখিয়ে। হে পললেম, হাউনিঙসং পোতোংমু সাফবীরো য়ীপল নঙগি ফম্লেল্ কাদ ফমব কবো রাবী হাইব, সনা লীফক্ ফমন ফম্বৈ মাঙ্নম্ থক্ত সনা লীতাং ফানব অসিবু কনানো হায়ন পাউহংববু হোয়দ য়ীমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীরো নপল্ পন্থো নিংথো কোথক্ থোংতাং তৌব থোংসোক্ সাব চকুলই নেন্থীব তাংলৈ কোলথিব নপল পন্থো নপা পোক্মাবনে। হে য়ীমোম নঙ্বু মহাল হয়রাঙ্ মচা য়াল্ তাওজিঙ্ মরু পল্ব নোংদ লোইদাম্ থাসিঙ্ মুদন তুল্লাল্লবগি নপল্বু চেংলম সকথঙ্দ পুক্নুং লেপ্খঙ দরবনরিঙইনে হায়ন পাউথুম্লবদ মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীদি তাঙ্জ য়ীকাইখিয়ে। তুইয়ায় সেল্কোয় রাগি, হে পললেম য়ীমা হাউনিঙসং লয়ম পোতোংমু সাফবীরো নমোম্ অযদি যাপল পনথো লংলো সেম্বী কোথক্ থোংতাং তৌব থোংসোক্ সাববু চেংলও সকথঙ্দ পুক্নুং লেপ্খঙ্দরবগিদমক্

ঙাইতে লউসঙ্ ষুংদ চিনগোক্ত পাউরানননকলে। সেন্‌বী য়ৌপাচা করো য়ীয়েল্লুবু তান্‌জ য়িকাইয়ে। থাঙ্‌ঙা য়ীরয়কোক্ লইকাই য়ীপল্‌সাং, য়ীতা দাইরোয় নাই, য়াদ্‌দও য়ীফেং লোয়বু ছইয়ায় সেলকোইয়ে। অয়দি তাইবঙ্ নমু পোংবু রোইঙমল্‌রোইয়ে। কোরও নোংকার চীঙ্‌দু পল্‌তাম্লগে অমল্ য়ারাবু কারোইরগে। চক্‌প অংগো য়ী, য়িংথি য়ীয়া চাউগি লাইজ য়ীরোল্লুংদ য়ীমু খোইকনন নোংমলগ্রগে হায়ন অসুম্ পাউমেন্‌নরবগ মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীদি মপল পল্‌লেম্ সাল্‌থোকৃতে য়ৌংথি লাইজ য়ীরেল্ পুঙ্‌দগুম্ নোংমল্লবগি খোদু ষুঙ্‌ঙাচাবু রোইন সালরোন্‌খিয়ে হায়দবরা?

মপল্ পল্‌লেম্ মমা পোক্‌মাবীন মমোম্‌বু চে'লও সক্‌রুদরবগি সেন্বী য়ীমলইকাই, করে অমলইকাইবু হাঙ্‌ন থিবসুঙ থিখঙ্‌দরবগি লইকাই য়ীমপুম্ চঙ্‌নদি পাউহংখিয়ে। থাঙ্‌ঙা য়ীরইকাই লইকাই য়ীপল্‌সাং সিংরো য়ীমোম সোঙ্গি লৌথিবীবু চেংলওসক্‌রুবরা হায়ন পাউহংববু নমু কনাগুম অমতন মমোন্ সোঙ্গিগি চেংলও সক্‌পু রুয়ে হায়দরবগিদমক্‌পু মোম্‌গু সনলাং ফাতান, হেক্‌ঙাই ষুংযে: চে: ষুংরোন্ খোয়বু হোংন মাকপ্‌খিয়ে। মমোম্‌গিদমক্তবু তরা চাথংদ লাইজ চীল্‌খুল্ য়ুংদন ষুজা থীক্‌লেল্ থাগ ফুন মাল্‌লেম্ লইচ রোনন অসুমন মীকপ্‌খিয়ে। খোয়্‌ম নারক্ চং, পামেল্ উয়া হিপ্, লাইজ য়ীরেল্ পুঙ্, য়ীপুং, কোংপুং খাক্তন মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীবু লৈরিগবরা হায়ন কোয়ন কোয়ন খিববু থিখঙ্‌দরবগি দমক্‌পু মীকপ্ ষুংসন, তেঃথানন

মোংব ময়ুম্ লুংদ রাইথুংলরে। য়ৌলুং খোম্লেল্ তুম্কুন্থিববু খোম্লেঙ্গ্ মদ্লাং চান্দ মমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীন, হে পল্লেম্ য়ৌমারো নমোম্ অয়দি মাক্লং লাইজ য়ীরেল্ পুঙ্দ থোঠু মুঙ্ঙাচা মঙাবু রোইন সাল্রোললে। নমোম্ অয়বু তাইবঙ্ মাল্লং কারক্কে লাই সরা মোংচেং ঙাতা লোং, পজেঙ্ পামি লোং, ফুংথী হামং লোং, চোম্লাং খোঙ্থিল লোংবু লইন ফান্নদি লেম্লই ঙাতারক্রো। নমোম্ লুংসি লাইবক্ থীবী অয়বু চইরই ফিথাউ সান লংখংপিররো হায়নদি চৌনগোই পাউমেল্লরবগি পল্লেম্ মমাদি য়ৌলুং খোম্লেল্ মঙ্থৈনরকলবগি মমোমগি লুংসি কোঙ্গোই মরারেপ্ল্ রাকাউদন অয়ুক্ চৌঙথে লইন চইরোইনন থিংথি লাইজ য়ীরেল্ পুঙবু য়িলতালথিরে। লোংলেল্ থুঙ্ লুন লাইজ চেপ্খোন্নন কোরও লুমিং চুপ্ন পারেম্ মনা রোইন থিববু মমোম্বু খিথঙ্দরবদ ঙাখা সারংবীচা লেম্লই তোন্থারা তোন্মইমু ঙামাই লোংয়েংবী চাবু খোল্খংলক্য়ে। ঙাচিং চিংলোই নাই লইতাঙ কাউবা সল্ রাঙ্মু লোন্সম্ ফাবীবু সম্লাং অমরক্ চিংসবদি লেম্লই ঙা মসীঙ্ লুন লক্প ঙা, লেম্লই হিংন তংফববু খোল্খংলক্য়ে। লেম্লই নঙ্বু খোন্ব নংতেদ য়ীমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীবু থিবনে হায়ন লাইজ য়ীরেল্ লুংদবু লোংলেন্ চেপ্ন হাইন থাথারময়ে। লোংলেন্ অমরক্ খোন্বদ চেংজা লুঙ্লাই থক্ক নাওয়িব চাবু খোন্খংলক্যে। থোঠু মুঙ্ঙাচা নঙ্বু খোন্ব নংতেয়ে য়ীমোম্ সোঙ্গি লৌথিবীবু খোন্বনে হায়ন তেকুপী রোক্লু কোন্দ লইঙোই সেক্তাই থক্ক

হনখোক্‌লম্মে। হাউনিঙ্‌সং পৌতোংন্থু সাক্‌বীন মাল্লেম্ মনা য়োই থবী তাল্লাই য়োন্‌ন থিবস্থঙ্‌ থিথঙ্‌দরবগি মোম্‌নু অরা পুক্‌নিঙ্‌ সোলথই নীক্‌ন সনা লাংচই চোক্ য়েল্‌বী হুইয়ায় লোম্‌লবগি দমক্‌পু মরাল্‌ রোন্‌দেরক্‌লে। সুমিদাং মীয়েং নাউ-স্সুদ, খোম্‌লেল্‌ তুম্‌কন্‌খিবদ য়িন্নুং সোয়য়ায়মদ মমোম্ সোঙ্গি, লউঙাক্‌পীবু খোম্‌লেল্‌ মঙ্‌ফাউনরুযে। পল্‌লেম্ য়ীমারো মমোম্ অয়দি থোদু নুঙ্‌ঙাচা হুপ্‌মিব চেঙ্‌জা সুঙ্‌লাইথক্ত নাওয়িবী চাবু য়োইন সাল্‌রোল্লবী অযবু য়ীপল্ নঙ্‌ন তেক্‌পী রোক্‌লা কোন্‌দ হল্‌লাল্লম্‌মে। নমোম্ অয়দি কোরও অচু লাং রাঙ্‌বল্‌ অসা থাঙ্‌ঙম্‌লোইয়ে। লেম্‌লই তিঙ্‌লী কোন্‌দ ঙায়া ফুম্‌পৌ লোন্‌ন মকেঙ্‌ হাথন খোইয়া লোক্‌চুম্‌নদরিঙইবু তেক্‌পী রোক্‌লা কোনদগি য়ীপল্‌ নরাল রায়দ চইরই ফিরোল্‌ তরুক্‌ন খাগ থান মাল্লও রিরোল্‌ তরুক্‌ন থক্ত থোল্‌ন রুকাক্ তপ্‌তাই খূম্‌ন, লাঙ্‌জল পুরী তু, সারা চাজুম্ থোক্তন কোরও সুমিং তরুক্‌নিবু নোংহান্নীরো। পল্‌লেম্ য়ীমা নঙ্‌নদি থাম্নী তঙরাং ফক্‌কোন্ খোনবীরো।

কৌব সোয়রম সোয়দন, চীঙ্‌লেল্‌ নোংগ ঙাল্লম্ ঙান্‌ন-রিঙইদ চিব পাউনাই ঙাবন ফক্‌লাং লোন্‌জা থেংকোইবগি মীকপ্‌ থোক্‌ম অহিং নোংয়ায়দ সীঙ্‌চেপ্‌ মইরা হাইচাউ থাল্‌ন তেক্‌পী রোক্‌লা কোন্‌গি থোত্থু সুঙ্‌ঙা চাবু চইরই মাহোং সান মাল্লও থুপ্‌কিনন পাইম লেংহান্‌ম চইরই ফিরোল্‌ তরুক্ থাগ থা মাল্লও মরোল্‌ তরুক্ থক্ক থোল্‌ন রুকাক্ তপ্‌তাই খূমন্

লাঙ্‌জল্ পুরী তুন সারা চাজুম্ থিল্‌ন নোংহাম্বু মপল্ পল্‌লেম্ মনান হুক্‌মন্ হামন্‌লবগি, য়াঙ্‌নম্ কাইমল্লবগি কোরও হুমিং তক্ককনি হুদরিঙইদ, মমা খাঙ্গী তওকোল্ চঙ্‌দম্লিঙইদবু মমান য়ীমোম্ চেংলও মসক্‌পু রোল্লরিগবরা হায়ন কোরও হুমিং মঙানিদ সারা চাজম্বু হাংন মিংয়েং সান্‌থইববু তাইবঙ্‌ নমু পোংবু রোন্‌গবরা হায়ববু রোন্‌ঃম্‌দে। পোন্‌বী রোন্‌থোক্‌প চেক্‌লা তেংহৌব, মথোঙ্‌ থরান্ লোঙ্‌জুম মানব চেক্, মচিন্ তেংনৌ য়োংকোন মান্‌ব, শহাক্ ফিগে লমসং মান্‌ব, মকোক্ তাদি তাঙ্‌জ লিল্‌লু মান্‌ব, মমিং তম্‌ফা মিংকোয় খিন্‌ফব চেক্‌পু রোইঙম্‌য়ে।

সেল্‌বী কোথক্ থোংঙাং তৌব মমোম্ সৌঙ্গি লউঙাক্‌পীন স'ল্‌রোন্ চেক্ পোন্‌বী লোন্‌থঙ্‌ব, চেক্‌লা রোন্‌থোক্‌প, সেন্‌বী তেঙ্গরা নিঙ্‌থিবী, ফিগে লমলং চিন্‌ব চেক্‌ন তোংজেং খারা পন্‌থক্ক কোব চীঙ্‌নুং নোংগ সোয়রক্লবগি সম্রিক্ লাইথল্ মুংদ তোংন য়ীম্‌চিন্ চগো নারেং তোংন পাওমেল্‌লক্‌য়ে। য়ীপল্ পন্‌থৌ নিংথৌ, সেন্‌বী কোথক্ থোংঙাং তৌব থোংসোক্ সাবরো, পল্‌লেম্ য়ীমা হাউনিঙসং পোতোংনু সাকবীরো লম্‌বু লাক্‌য়ে, চক্‌প লম্‌বু নাওদ য়াম্ব, হিথরোল্ থোঙ্‌তুমব, সবী লম্‌চাউব মচিন্ খুববু লাক্‌য়ে, তোংয়ায় হন্‌ববু লাক্‌য়ে, য়ীমোম্ কোন্‌নুরো য়াহওরো। অমো নঙ্‌দি পাউজেল্‌রো হায়ন সেল্‌বী য়ীম্‌চিন্ চগো নারেং থক্ত চেক্‌লা মইন রোংনদি য়ীনুং চীঙ্‌থোঙ্‌ য়াকৈব চেক্‌পু হাউমিঙসং পোতোংনু সাকবীগি মমোম্‌লোল সৌঙ্গি লউঙাক্‌পীন পোন্বী তেঙ্গরা ফিগে লম্‌সং মান্‌ব চেক্‌পু রোইন লাংরোনখিয়ে।

# হাউন্নু সামলন্নু সাফবী

লম্লেল্ চীবা লোক্লউপুঙ্, চাথাব সন্নুং খেল্, য়াংজিং লোকচাউ য়ী, হয়রোক্ অচম্বরমদ, মরিং পোংবরও, খোইবু চীঙ্কায়ম্, য়াংজিং লোক্তু থুম্বু নাতৈনন সেনবা তয়েং নন্থউ চীঙ্দ থুমন্ কজেং থুসা খিবগি তাল্লোয় নরুম্ অমম্বা হাউন্নু সামলন্নু সাফবীন চইরহ য়াকু তৈ, মোল্লাং তপ্তাই সেম, মোন্দুম্ মোন্তেক্ মথন্ তৈন চইরই ফীকোই থলন, কেগাম তবেং চয়গ সোই, থুম্লাং মম্লোন্ সংন কিয়াংনম্থও চিন্থুব তয়েঙ লাইজ য়ীগ হান্ন য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদলববু ঙাইথাম্থিয়ে। য়োয়ময়ায় য়াইরেল্ সিদব মুনিং সনা খোম্মদোল্দি থাগি ল'ক্লা হুল্ব য়ী ঙাচিং সাল্রোন্ য়ী, সোয়থক্ লুথুম্ য়ী, লাইজ য়ীনোক্তম মতোম চাউব য়ী, লইগুং পারোং পুয়োং সুব ময়ী হুল্দ সান্দেংলক্য়ে। নিংথো থাগি নহা সাফবদি নোংপোক্ তওরিং তত্ত, তওরাইরোং সাফবদি মরুম্ নিংথো কা ব চন্নুন লাংগোই চুপ্লী কোন্জল্ রায়ন থোথাম্ব মরম্থৈ, লাইরেল্ ঙাংগোই যোয়মোংবন মোংব সানল তান্হইদ চীঙ্ঙু নিংথৌ সোরারেল্ অরাং পাথঙ্ য়োয়রেলবন লাইরেল্ ঙাংঙোই য়োয়মোংবন লাইজ য়ীখোঙ্ থুলবু লীরকনে হায়ন তওরাং ফক্চা য়ুংন থলম্ব চীঙ্ছোল্পোক্পবু লাইজ থৈবু নাতৈনন অরাং তেংনৌ লুম্হ চীঙ্ চীঙ্মামুং, থাঙ্য়ী লেংলোই চীঙ্, সম্ভু খোক্লোই চীঙ্, য়াংলৈ তাউব হুইরান চীঙ্য়াওরো সারান্ চীঙ্, মুগি অরেব্দি রোঙ্লি রায়, থবা অতেব্দি পাল্লি রায়, অরাং কায়নে

লউচীঙ্ থই, চীঙ্থৈ লইন থোঙ্ সহ্ চীঙ্লই ভাল্ন থওরী লোক্মায় হেন্ন নোংপোক্ ময়ায়দগি য়োয়মমায়ন খিংখিং খেন্-কারক্, তাওদল্বম খেন্চোংলক্লবদ হাউগ্নু সামল্গু সাক্বীনা পাউ-মেল্লক্য়ে, পাউখেম্খিয়ে। নোংপোক্ তওরিং লয়মচা মুরাইরেম্ সাক্বরো, য়োয়ময়ায় য়াইরেল্ সিদবরো, হুমিং সনা থোমুমদোল্ অতোল্বরো নঙ্বু কোওর নোংমতআবু য়ীমাল্ মচা সানসে হায়ন পাউমেলজখিববু য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদল্বন পাউথুম্খিয়ে। থুমন্ কজেং থুসা খিবগি তাল্লোয় মকম্ অমন্বী লউহোন্ চাইজি মীরউথাক মুরা লাংনা লূক্কোয় মমন মল্ অমন্বীনে মাই কদো-নকো হায়ন বারংনঙম্য়ে। হাউগ্নু সামল্গু সাকবীন তাঙ্জ য়িকাইর হুইয়াই সেল্থোয় মিক্ তিল্লাং মথোই সাওন রারোই-খিয়ে; য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদলব নঙ্গুড কয়াম্ ফবদি নত্তে। নোংপোক মরায়দগি লংহওরক্পবু চক্প মাল্য়ে, পাক্তুম্ পাক্য়ে, তাইহুম্ তাইয়ে। সহ্ চীঙলই ভাল্ন থওবী লোক্-মায় হেনয়ে হায়ন রারোইখিয়ে।

হাউগ্নু সাকবীন পাউখেন্খিয়ে। মোম্হ অয়মুঙ্ তাইবঙ্ নমু পোংবু রোইররোইয়ে পামেল্ উবু রোইমদি সাল্রোল্লগে। য়োয়ময়ায় নঙন খেন্চোংলক, তাওদল্ব খেন্কারক্পদ পামেল্ কারক্ চং, হুমিং মমি লও, তাওদল্ব নঙাল্ চঙ্ববু লেপ্ন রোইরসুনো। পুক্-নিঙ্ অয়গি অরেপ্পবু রোইরবদি মোম্হ তাঙজ অয়গি য়ীসমজি অসিন পামেল্ মরা রোই তাঙজ য়ীক তোলন পামেল মরা রোই, সমু য়ীথোঙ অনিমন তল্লা কারোঙ্ব পামেল্ নাচুম্বু তল্লা উথুম্ তাওরওবীবু রোইন লাল্রোল্লগে। য়োয়ময়ায় লাইরেল

তাওদলুব নঙ্সুঙ্ পামেল্ কারক চং তলল উরক্ চঙ্ বর্ লেপ্ন রোইরমনো হায়ন রাসকৃথিয়ে। হাউম্ সামলম্ সাকবীন সেল্বী তরেং নম্থও চীঙ্দ মোম্নু তাঙ্জ মসম্জিম পামেল্ মরা রোইন, তাংজ মরুতোন্ন তলা মরা রোই, সমু মখোঙ্ অনিমন তল্লা কারোঙ্ রোইনদি পামেল্ উথুম্ তাওরওবীবু রোইমা লাংরোন্থিয়ে।

## লাংরোন্।

তাইবঙ্ নমু মীপোক্লেল্ অরুব অসিবু মাল্লং রায়বী তুরোন্লৈ, লৈরাং য়ীমৃচঙ্ লীতিল্লৈ, চক্লই তুনুং লীরোল্ লৈ, লাইজ তোম্সাংলৈ, লোক্লো লিক্লা য়ীপু লৈ, ফেন্চি উংলই চীন্রোক্ লৈ, নোংতু খোরী লিক্চিং লৈ, সৗঙলেল্ লৈরম্ তরেংম য়াইবী পঙ্লোই লৈবু খোংনাং মাল্তওরীব কৈবাক্ তাবুল্ লংগুম্ সুংলিন, অরাং মোংখোয়রেন্ অতুবু তাঙ্জ লুদ খোংম নাওয়োক্ য়াই, চীঙ্ঙ্ পীথ্রাইবী অসেম্বীন পীথখিয়ে। খোইমোম্ খোইরাইবী অসাবীন হাথখিবগিদমকপু পল্লেম্ য়ীমু সীল্য়োম্ মুং, নাওরা খোয়খাওরীদ নাকলু ফিয়াল্ল খোয়জি খাগ মিহুলবগি মুজা ঙৌথি সোংকাঙ্ লিক্, চইরই হক খোং-নিঙ্দ, মাল্লো ফিতাই কাঙ্ন, মালং অচিক্ থেম্, মুজা কুচু ফোং-লাওন, চেংলও মিসা তাম্, চাইরুং মচি লাং, খৌরী ঙাঙ্গোর চেং, তিরাং লইরুম্ ফকন হয়রাঙ্ চানিঙ্বদি নোংদম্দ, তাওজিঙ্

ভংশিঙ্বদি নোংলেপ ত, মাল্লেম্ চৌঙলইপাক্, থৌদু সুঙ্মেং মোন্ রোইনম্ববু জল্লা চাক্ক রোইন, ভংনিঙ্ য়াম্ম নাওবুরবগি য়াউব্বা মসিঙ্ হু লোইদাম্ থাবু ফান থকনিঙ, চানিঙ্ য়াম্ম নাও-বুরুবগি কোরও সুমিং মদ মোমুগ্ অরোন্ রোল্লাং সাওন চারোন্ থোরজি হুংয়াবু য়েকলকলবদ সানৌবু লেংন তিল,, মমাল্ মনোং ভাইবু নাক্লও সীন্ তওরাং ফকচা থা, য়াউবা পুতাও মথোঙ্ কাংন জমল্ সিথৈনম মগ্গং মাল্গুম্ তওরাং ফকচা থক লেম্ন নাওনৌরকপবু গুরু য়াংলও লমচিংলকপবু চেংলও সকক উদম্মবগি তওরাং ফকচা থক্ক অঙাঙ্ মথন কোল্লোই মমিং ফান্ন মীকপ্-লক্য়ে হায়দবরা? পল্লেম্ নাওকন্বী থোয়ন নাওরা খোয়রী লেল্ন, নাওফম্ লইরোন্ চল্লদন লাইজ সান্দেংল, চইরই নিঙ্দ থা, নাওরা ফইরা তান্দ পোংন, থীক্লেল্ খোমতুম্ ময়েয়োক্নন খোম্য়িল্লবদ কোরও সুমিং তক্কনিবু খাম্বা মইনিঙ্ হিপ্ য়েল্লম্ মথেল্ অয়াম্ববু ত্হনদ, চারম্ থগে নিঙ্হন্নরবগি কোরও সুমিং তক্ক্নি সুরবগ পল্লেম্ নাওকন্ খোয়রেন্বী নোংচুপ্ হাউরেঙ্ কাইব মরা লিং, হাউনু সোল্মোল্ তাউবী মথুং থা, খোংপাল্ চাম্লও লাগকোই, নম্তৌব কক্লু লুহেঙ্লা, পান্থোক্ য়ীহা য়েন্গ, লেম্লই ভথ। লইপুবীগ বাল্লোং নীঙ্কোই রোন্ন লই-কাই সিংস্থ মায়থাঙ্ঙে। পল্লেম্ নাওকন্ খোয়রেলবীন নাওরা ফইরা তান্দ থোংন সুমিং থুক্কম্ হল্লবগ, মোয়মমায় লাইরেল্ তাউদল্ব নঙ্ন কারওবগুম্ কারওসে, থবী লোইতাম্ব নঙ্ন তান্-বগুম্ তাল্হওসে হায়ন সংলও য়ুপাল- থান কোল্লোই মিংথোল্লে।

চীঙ্‌ঙ্ মোংদম্ মহয় মচুং ইন্‌নে হেন্‌কদম্‌বগি তাইবঙ্ নমু পোংরোইব মীপুম্ মকুপু কোয়ও ছুমিং চয়োন্ তম্নেংমন হুন্‌ন হুন্‌ন মতেরওবগুন্, থবী লোইদাম্‌ন থা তম্নানিথোইন অপৌ অপৌব মহল্‌বওগুম্, লাক্লেল- কুম্‌মাবীন লাক্লেল্ কিসি মতাই-সিল্‌লক্‌য়ে। পুন্‌সি য়ৌরাল্ লৈন হুন্‌বীদে, অরাং সক লুতোং লৈনদি রোন্‌বীদে। থোঙ্ ফেঙ্‌ন স্তু,গুম্‌ন মন্নেং মতাসিন্নকয়ে। থাঙ্‌লেল্ সুন মল্‌কুম্‌ববু মথৌ মরংসিন্নকয়ে। তাঙ্‌জগুম মৌউল্ ছুফদ লিলাগুম্ মতাং সিংনফদবগি নিঙ্‌চিং লংজ্ঞ্ মসাং-ছোয়ে। মাঙয়িল্ মস্তাং মতেন্‌সিন্নকয়ে। থাঙ্‌য়ি পায়রোন কোং মফম তিংববু পুন্‌সি চেঙ্‌জেনথু মহৌখিয়ে। য়োয়ময়ায় লাইরেল তাউদল্‌ববু ছুনিং থুজেং লাক্‌ন থোথাম্ ঙম্‌দে। লোই-দাম্ থাজ পাথঙ্‌ববু থাজ থাঙ্‌রাই কোন্‌ন ঙাকচ ঙমদবগি নমু পো·রোইব য়ীথোইবু অহল মতম রোই হুন্‌নু কুরুক্‌পু চন্‌ন মমষ্ট লামন রাইথুংলক্‌য়ে। মসিং সিংন ফোইথুবক্‌য়ে। হক্‌চাং মতম চীন্‌সিল্‌লক্ পুন্‌সি লইচঙ কউসিল্‌লক্‌প অসিবু থুন্‌বী কাপতিংচা কাক্‌কৈ য়াইথংবন লাংন মদ নপ্‌প থুদিংদ কাক্‌ফে চীন্‌কোয় চন্‌ন থুন্‌বী পোংলুম্‌বু থাঙলবগ কাক্‌ফে কমহোংখিব তুগুমববু হকচাং নম্‌দ হুন্‌ন মমই রীম মুক্ থোকখিয়ে। পোল-চেং লুংগি তেনলোইন থরায় পোলনিংখিবমু সমু থুংন লাকন থোথামফদব তুগুমববু মতোম্ মতোম লাংরোন্‌নখিয়ে।

---

